# বৈকুণ্ঠ-বার্তা

( বিশ্ব শান্তি—আঃ দর্শন )

## HOLY MESSAGE
*OF*
## THE ALMIGHTY GOD

( UNIVERSAL PEACE,
MORAL & SPIRITUAL PHILOSOPHY )

অধ্যাপক —
এল, কালাচান্দ সিংহ, বিশারদ, "কবিরঞ্জণ" ( মঃ গীঃ মণ্ডল )
ৱাংখৈ, ইম্ফাল, গান্ধী জয়ন্তী —তাং ২। ১০। ৭৭ ইং

---

 মমল—লুঃ ৬/-

কোঙখবা :—

অইবা মশামক

কপী—১০০০

অক্টোবর, ১৯৭৭ ইং



ফংফম :—

১ অয়ুবা লাইরিক য়ানফম

২। অইবা অমসুং অংগংবা



অনথা —

ও, মঙ্গি সিংহ

নম্ফম :—ভি মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বজার ইম্ফাল

## রাইহ অমা-অনিদং

ওঝা কালাচাঁদগী "বৈকুণ্ঠ-বার্তা" পাজরে। য়াম্না নুংঙাইনা থোকই। মহৌশাদগী ওঝা অসিনা, তাবদা ওন্থোক্না নুংঙাইখ্রবা জীবাত্মা অমদি পরমাত্মা অনিগী মরক্তা তংনদবা মরী লৈনৈ হায়না মহাজ্ঞাশিংনা লৌনরিবা, ভারতকী য়াংলবা দর্শন শাস্ত্রগী য়াকমদা য়ুম্ফম ওইবা আত্মজ্ঞানগী মক্ত্রবা মঙাল অদু, নক্লরুবা হিজিনবা, ঐশুম্বা মীশক কয়াদা থরদং ওইরবস্তু উৎনবা হোৎনবনি। কাম, ক্রোধ, লোভ মীওইবগী অচৌবা য়েক্লবশিং অসিবু জয় তৌবা ওল্লবদি আত্মাগী তৃপ্তি (অপেনবা) ওইগনি হায়বা অসি জীবাত্মাগী মফমদা পরমাত্মানা পীখিবা পাউখুমনি। অধ্যাত্মিকী কোংনা লৈবা অরোনবা পাউতাক্নি। জীবনা পুন্সিদা তশেংবা নুংঙাইবা ফংনবা লম্বীনি।

জীবাত্মা পরমাত্মা অনিগী অরায়-অথুম য়াওং পাউখুমগী য়ারী শাফম থল্লকপদা ওঝানা শিজিন্নরিবা বৈকুণ্ঠ-কাঞ্চিপুর, শান্তিপুর,-কৈদিংগাশ্রম, শিবালয়-হৈপোক, সাগর তীর্থ-লোক্তাক অসিনচিংবা মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা মফমদা লৈরিবা অশেংবা অমসুং অথোইবা মফমশিংবু জগৎকী মপু বৈকুণ্ঠ নাথকী মফমনি হায়না উত্তুনা সনা লৈবাক মণিপুরগীসু তীর্থ মফম য়াওে হায়বসি তাক্নি। মসি ঐখোয় পুন্নমকী চাওথোকচনিং-ঙাইনি। লাইরিক মচা অসিবু য়ারী-য়াতাইগী শৈরেং ওই[illegible] ইবিন্না মণিপুরী সাহিত্যগী লনগৈদ। ওঝা কালাচাঁদনা অচৌবা

লান চুঙমা তৌবিরে হায়বদা করিগুম য়েংনবনিংঙাই লৈরোই। অমিত্রাক্ষর ছন্দনি। ছন্দ নাইবা অমদি পাবা অমসুং তাবদা নুংঙাইগদবা সাহিত্যগী ওইবা রস লৈবা শব্দালংকার মরাং কায়না য়াওবনা "রমনীয়ার্থ প্রতিপাদক শব্দ কাব্যম" হায়বা সংস্কৃতকী কাব্যগী পরিভাষা নিংশিংলকই অমসুং লাইরিক অসি নিংথিবা কাব্যগী মচাক অমা ওইরবা লাইরিক অমনি হায়জনিংই।

ক্ষেত্রি কালা সিংহ
মণিপুর কোলেজ, ইম্ফাল,
তাং ৩০।৯।৭৭ ই°

পণ্ডিত কালাচাঁদ সিংহ চহী কুনগা তরাদগী মেন্না তিন্নরক্লবা মরুপ্নি। তম্বা, তম্বিবা, মথম্মোয়দা পানবা করিগুম্বা অমা হেক্ত লাউজবনা মহাক্কী মুঙাইজবনি। শ্রীসিংহ অসিগী থোইদোকপা গুণদি মবুক য়াম্না তপই, ঈশ্বরদা ভক্তি য়াম্না লৈ়ৈজ; মতম পুম্নমক্তা ধর্ম্মগী লাইরিক য়াম্না পাই। অরাপ্পা তীর্থশিং তোয়না য়েৌবা ঙমজদ্রবস্থ ঐখোয়গী ইরৈবাক, ইরমদম অসিদা লৈরিবা লাইগী খুভমশিং দর্শন তৌবদি লেপ্পা লৈতবা মীওইনি। মশানা শাস্তু ওইজবনা শান্তিগী সেবীনি। মীওইবগী শান্তি ইখৌ লাংজবা থরায়নি।

শ্রীসিংহসিনা ধর্ম্মগী গ্রন্থশিং শ্রদ্ধাগা লোয়ননা নৈনজরকপদা উজবগুম তৌবা অমা মহাক্কী "বৈকুণ্ঠ-বার্তা" কৌবা লাইরিক্তা উই

মী তমঃদা পোকই, রজঃদা হিংই, সত্বদা মী ওই—মীগী ওইবা ধর্ম্ম মশক খঙই, সত্বগী বিকাশ অসুম অদুম ওইরকপগা ঈরোয়ননা লাইগী ঙমথং ওইরকই, লাইগী থাক্তা কায়। মশাদগী শান্তিগী লম্বী য়েংলম্বদগী অপুনবা মীওইবা জাতিগী ওইনা য়েংলকই। মসিগীদমক সাধন অমা চঙই; ইশাগী নৈনবনা থোঙ ওইদুনা জগৎকী মশক খঙবা চঙই। থাজবা অসিগী মঙান্দা শান্তিগী সাধক অসিনা মহাক্কী পিক্তা হক্লবা "বৈকুণ্ঠ-বার্তা" ইজবনি।

শ্রীমদ্ভগবদ গীতানা উপনিষদ পুম্নকী সারাংশ ওইবগু 'বৈকুণ্ঠ-বার্তা" অসিদু শ্রীমদ্ভগবদগীতা, উত্তরগীতা, রামগীতা,

গুরুগীতা, পাণ্ডবগীতানচিংবা উপগীতা কয়াগীসু অতৈ পরমার্থ তত্ত্ব নির্ণয় তৌবা আত্মবোধনচিংবা লাইরিক কয়াগীসু অরায়বা লোন্দা ছন্দ পান্দুনা শকপা সারাংশনি হায়দবা, খন্দবা ঙমদে।

মতমগী খোঙ্‌লৈনা, বিজ্ঞানগী মঙাল্লা মমিৎ থক্লবা—পূম্মমু মমলবা হায়বদা লান্দ্রবা—নহারোলগী ভগতা লেঙদবা অচুম্বগী মঙাল্লা খোরাংলবা, হৌজিক হৌজিকমক হেক্তম্ খোরাংনরবা শাস্ত্রগী লম্বী ঙাক্কনি আশা তৌই।

শম্না—শ্রীসিংহগী অবদান মজাতিগী, অপূনবা মীওইবা জাতিগী শাস্তিগী লম্নি। পাবদা শাস্তিগী মঙান্ খরদ ওইরবসু ফংগনি হায়না আশা তৌদবা ঙমদে।

ভগবানা শ্রীসিংহদা দীর্ঘায়ুঃ পীনবা ওইসনু। শ্রীসিংহনা অসিগুম্বা অতৈসু পীনবা ঙম্বা ওইসনু। ইতি—

ওঁ শান্তিঃ

শ্রীমীনকেতন সিংহ
২ নবেম্বর, ১৯৭৭
ইম্ফাল।

## ( অহ অমতং )

অধ্যাপক লাইতোঞ্জম কালাচান্দ সিংহনা চহি ২০ মুক হোৎনরগা পুথোকপিরকপা বৈকুণ্ঠ-বার্ত্তা (লাই লৈবাক্কী পাউজেল) কৌবা লাইরিক অসি পারুবদা পরমাত্মামক্তা ঐখোয়দা ভারতকী দর্শনগী মচি ওইবা তত্ত্ব কয়া চম্লবা মৈতৈলোন্দা তম্লীবা ফংই। গ্রীস অমসুং ভারতা চৎনরকপগুম্না দর্শনগী অরুবা লাইরিক শৈরেংগী মওংদা রাহং অমসুং পাওখুমদা রারী তৌমবনি। জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অনিতনা বার্তা ২৫দা মশক উহললি। সমুদ্র নৈথাইরগা মমল রাম্বা পোৎ লৌথৎপগুম লেখরা ভারতকী মরাঙ কায়রবা অধ্যাত্মিক অমসুং আত্মাগী শেংলবা লাইরিকশিং ভাগবত, গীতা, পুরাণ অমসুং দর্শনগী স্কুলশিংদগী যোগ সাধনা, নীতি, মেতাফিজিক্স অমসুং পূক্লিং ঈংহন্নবগী মতম্বী কয়া অধ্যায়-শিংদা উৎলি। গুরুবু থাজনা খুরুম্বা, মাতৃ তর্পণ, পৃথিবী মাতাদা কথোকচবগী শৈরেং খর হাপচিনবসি পারুবদা ঐখোয়গী চৎনরকপা ভারত দর্শনগী মশক অমুকসু হয়া লেপ্পবগী কজরবা মহোৎনা অমা ফংই।

তোপ তোপ্পা মওং অমনা দর্শনগী হীরমশিং অসি ঐখোয়গী লৈবাক্কী লাইফমশিং— কাঞ্চিপুর, কৌব্রু, সনাহল লোকচাঙ, থ্বারোক, মহাবলি, শ্রীগোবিন্দগী শেংলবা মফম, বিষ্ণুপুর অমসুং কাইনা-নচিংখদা অইবনা ধ্যান তৌরুবা অমসুং ইরকপা থেংনৈ। মশাগী ফোটো মরি খকসু হাপ্লি। অর্থ লৈবা ঐখোয়গী লাইফম-শিংদা মপানগী মীওইশিংবু কৌশিন্দুনা খঙবদা লুরবা অধ্যাত্মিক জ্ঞান থিহন্নীংই। ঐখোয়গী সাধনাসিদা লূপ্পবা অইবদি মকমশিং অসিদা থবকশিং অসি তৌরক্লি।

জগৎকী শান্তি থম্বা হায়বসি মীওইবগী শক্তমদা conflict (থেঙ্গাইনবা) ফংত্রবা, হিংচাবগী লমচৎপু অফবা লাইগী লমচত্তা ওম্থোক্লবা, চিনগা খুৎকা মান্নদবনু থোংগাবা অধ্যাত্মিক পুন্সিতনা ওইহনগনি। পংলাউ লাউরগা নত্রগা রাজনীতিগী মহোৎনা অত্তনদি শান্তি পীদে। অইবগী মমল য়াম্বা খুদোল অসিগী অধ্যায় শর থরদং মী অমনা নুংঙিগী পারর্দি অহিংদা মত ফত্তবা পুম্বা কোক্তুনা ঈংবা অমস্তুং মথংগী লাক্কদবা নুমিৎকী সমস্যা কয়া নশাদা থাজবা য়াওনা মায়মোক য়াবা ওমগনি।

পাউজেল অসি পাকথোক্লা সমাজগী অমস্তং জাতি মশেন মরী লৈনবগী মওংদা পানশিনবদা জগৎ শান্তিগী যুক্ষম উহল্লি।

লাইরিক অসি ইংরেজিদা হন্দোক্লগা মপালগী পণ্ডিতশিংদা পাহল্লবদি খ্বাইগী কান্নবা অমস্তুং নুংঙাইবা ওইগনি। অইবনা সেবা অসি ভৌনীংবগী অপাম্বস্তু রারী শানবদা ফোংদোক্লি। থবক পায়থবদা লাক্কদবা খুৎলৌ পল্লৌ অদু খ্বাইগী মতেং, অফবা ইচ্ছা অমস্তুং জশিংবা লৌশিংনা কোকহনগনি থল্লি। থোওথাঙ অসি লৌথৎপদা ঈশ্বরনা থৌজাল পীবিসনু।

অইবনা চানবিহ্নুনা ঐহাকপুস্তু লাইরিকসিগী মরমদা অইবা মত থরদং ফোংদোকহনবগী নুংঙাইবা ফোংদোকচনীংই। থরায় হকচাং য়াওনা থাগৎচরি।

ডাক্তার এম, কীর্ত্তি সিংহ
M.A, LL.B.; Ph.D.
কোংবা, উচেক্কোন।

ইম্ফাল,
২১। ১১। ৭৭ ইং

## লমন শিংবা ঙমজররোই

"বৈকুণ্ঠ বার্তা কৌবা লাইরিক অসি পাক্লা শন্দোকপিনবা ইকাইখুম্নজম ওইরবা শ্রীযুক্ত ক্ষেত্রী কালা সিংহ, এম, এ ; বি, এড; লেকচরর, মণিপুর কোলেজ ; ( নেচর্ কিওরিষ্ট ) অমস্তুং জে, এন, ইউনিভর্সিটি সেন্টর, ইম্ফালগী অহানবা হেড ওফ ডিপার্টমেণ্ট ওফ মণিপুরী ওইরিবম্বা, মণিপুরী সাহিত্য জগত্তা থোইদোক্লা শিংথানরবা পণ্ডিত সর্ব্বশ্রী অশাংবম মীনকেতন (কবি) অমস্তুং ওনরেবল ডাক্তর এম, কীর্তি সিংহ, এম, এ ; এল, এল, বি ; পি, এইচ, ডি ; হেড ওফ ডিপার্টমেণ্ট ওফ ফিলোসোফি, ডি, এম, কোলেজ অহুম্না পূক্নিং থৌগৎপিদুনা পাউতাক কয়া পীবিখি। অমস্তুং মতম কুইনদগী নীংজররুবা বিশ্ব শান্তিগী লম্বী তাকপীখি। লোয়ননা মীয়াম্না চানবিনবা—মুংশিবিনবা য়াইফ য়াহৈ কয়াস্তু ফোংদোকপীখি।

পঙলবা ঐবু কৃপা দৃষ্টি তৌবিখিবা গুরুজন অহুমগী তৌবিমন লমন্দি মপোক খুদিংগী শিংবা ঙমজররোই। ঐবু কৃপা তৌবিবগুম উক্ত গুরুজনবুস্তু মতম পূম্বদা কৃপা তৌবিনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি। ইতি

য়াংখৈ, তাং ২২।১১।৭৭ ইং হরিউত্থান লেখক

### হায়জবা

লাইরিক অসি গান্ধী জয়ন্তী তাং ২।১০।৭৭ ইংদা ফোঙবগী উদ্দেশ্য লৈখিবনা, মতম্না খুয়োনখিবদগী বানান লানবা খরা য়াওরম্লগনি নিংজৈ। সজ্জন পাঠকশিংনা অরানবা তাকপিরক্লবদি ঙমখৈ লৈতনা ধন্যবাদ তৌজগনি। মথংগী খুৎনমদা হরাওনা চুমথোকচগনি ! ইশানস্তু থেংনজরগা চুমথোকচগনি।

লেখক

## বাহৌদোক ( করিগী বৈকুণ্ঠ-বার্তা, করম্না ? )

মীনম্বা, মায়া, উৎ-পাৎ অমসুং হিংসানা থল্লবা লম্মাংনরবা সংসার অসিদা, পাপ মায়া লৈত্রবা অচুম্বা-চুমিংবকী মঙালগুম্বা; জগৎকী মীওইবা জাতি পুম্নমক্কী অশেংবা চুঙাইবা-য়াইফবা অমসুং শান্তিপূর্ণ রাম রাজ্য পুরক্নবা 'সত্যং শিবম্ সুন্দরম্' ওইবা অমৃতনা থল্লবা পরমাত্মাগী মূল মন্ত্র বাণী ওইবা লাইরিক মচা অমতং, বিশ্বকল্যাণগীদমক পুথোকচনীংদুনা চহী বৃন্ত্রাগী মমাঙদগী তপ অমসুং সাধনা তৌজরকপনি।

ব্রহ্মানা তাইবংপান শেম্নবা জ্ঞান তানবদা লাইগী চহী লিশীং অমা তপ তৌখিবগুম পঙলবা মূর্খনা বিশ্ব কল্যাণ অমসুং শান্তিগী পাউজেলগী লাইরিক অসিগী মমুংগী মচাক পুথোকনবা অমদি মমিং থোন্নবা হোৎনবদা হায়রিবা চহী কয়াসি হৌখ্রবনি। কাইনথংদা শ্রীগুরু কৃপাদগী গীতা, ভাগবত অমসুং অতৈ পুরাণ শাস্ত্র কয়ামুক চহী কুন হেন্না নৈনজরগা, সমুদ্রদগী মমল নাইদ্রবা হী-য়াই কয়া থিদুনা পুখৎলগা পরেং লেংবগুম "বৈকুণ্ঠ-বার্তা" কৌবা জীবনা সংসার বন্ধনদগী নাম্থোক্নুনা তশেংবা মুক্তি শান্তি সুখ ফংনবা-পরমাত্মানা জীবাত্মাদা তাকপীখিবা অমৃতনা থল্লবা মহা মুল মন্ত্রসি প্রজা মীয়ামগী সেবাদা পুথোকচরে।

পাপ অমসুং অমম্বা মায়া মরিক অমত য়াওদ্রবা শেংলবা নুমিৎ মঙালগুম্বা, পরমাত্মাগী অমৃতা বাণী ওইবদুনা লাইরিক অসিগী মমিং "বৈকুণ্ঠ-বার্তা" হায়না থোঞজ্রবনি।

মসি মৈতৈ জাতি নত্রগা অতৈ তোঙানবা জাতি, সম্প্রদায়, কাংলুপ অমসুং লৈবাক অমতগী ওইবা ভাব নত্তবনা, পৃথিবীগী মীওইবা জাতি পুম্নমক্কী সমস্যা অমসুং য়াইফনবা মচাক ওইখিবনা লাইরিক অসিদা সংস্কৃত শব্দ, প্রমাণ, সিধান্ত কয়া হাপচিনজরে। মসিগীদমক ক্ষমা প্রার্থনা তৌজরি। মৈতৈ লৈবাক্কী লাইকম কয়াসু গুরু ব্রহ্মানা তাকপীবা মতুংইন্না নাতৈ চাবা য়েংদুনা মমিং থোঞজ্রে।

লেখক—

## লমজেল ফোঙদক্লে ( থাহৌদোক )

আধ্যাত্মিক লাইরিক অমত্তং ফোঙনবগীদমক চহী কয়া মমাঙদগী হৌনা শ্রীযুক্ত নাওরেম গম্ভীর সিংহ, বিঃ এঃ, বিঃ টিঃ, হেড মাষ্টর, প্রেসিডেণ্ট, সাত্বিক জীবন সঙ্ঘ, ককচীংনা এঙোন্দা হায়বিদুনা লাকপনী। অমুক্তা নৌহৌনা হৌখিবা কালেন ছুটি মনুং, ১৯৭৬ ইংদা কন্না তকশিনবিখী। মতুনা লমজীং ওইদুনা চহী ২০ চঙনা রিসার্চ তৌজরক্লিবা পন্দুনা লৈরম্বা থেসিস অসি ফোঙ-নবগী কারণ (গাইডেন্স) ওইবিখী। অদুনা লোকনুংদা তাদুনা কুইনা লৈরবা বিশ্ব শান্তি গাড়ীবু চিংখত্তুনা ষ্টার্ট তৌবিখী।

২। থেসিস অসি ফোঙনবা হোৎনবদা ধর্ম নীতি শাস্ত্র, সদাচার, মঙ্গলাচরণচিংবগী মরমদা, সংস্কৃত টোলগী অধ্যাপক, শ্রীযুক্ত হঞ্জবম নন্দকিশোর শর্ম্মা, ব্যাঃ শাস্ত্রী, শিক্ষা শাস্ত্রী (এঃ পিঃ) গা তান্নজরুই ১মুং অফবা পাওতাক কয়া তাকপিখী। মনুংগী মচাকশিংবু মিৎয়েং তাবিরগা থবায়-হকচাং য়াওনা স্বীকৃতি মঙ্গলাশীর্ব্বাদ পীবিরকই। লোয়ননা বিশ্ব শান্তি লমজেল য়াওনবা কন্না ইনশিন-বিখী ১মুং গাড়ীবু কন্না ইনখৎপিখী।

৩। থেসিস অসিগী বিশ্ব শান্তিগী মচাক ওইরিবা অধ্যাত্মিক, লৌকিক, সামাজিক নীতিশিং [ Moral Law, Social Law, Universal Law and Discipline] নচিংবগী মতাংদা, কাক্চিংপুর গোভঃ হায়রস্কুলগী এসিষ্টেণ্ট হেড মাষ্টর, শ্রীযুক্ত অরাম্বম অপাবী সিংহ, বিঃ এঃ, বিঃ টিঃ, এলঃ এলঃ বিঃ [ফাইনেল] গন্সু তান্নজরুই। উক্ত ভদ্রলোকনা ফজবা ফিদম কয়া তাকপিদুনা থবায়-হকচাং য়াওনা উৎসাহ পীবিখি ১মুং "ৱার্ল্ড পীস" কী লমজেল ফাওদবা

য়াদে" হায়না কন্না খোজিনবিখী। মতুদা লমজেলগী গাড়ীবু মাঙদা কন্না থোগৎপিখী।

৪। ছাপা নম্বগী মতাংদা শ্রীযুক্ত ওইনাম মঙ্গী সিংহ, মেনেজর, গীতা প্রেসনা বনাণ ১স্নং শব্দ বিচারগী মরমদা ঐগী তুংদা মরল্লাই ওইনা হৌবদগী লোইবা ফাওবা কন্না শেন্নবিখী। অরাবা কোকথোং পুবিদুনা হন্ন হন্না প্রুফ লৌবিদুনা লাইরিক অসিবু মশক ফজহনখী ১স্নং শেংলবা গঙ্গাদা নৌংথিনা ঈরুজবগুম শেংলবা বিশ্ব শান্তিগী মক্তুবা বৈকুণ্ঠ বার্তা ওইহনবিখী।

অকোনবদা উক্ত ভদ্রলোক ১স্নং ওঝাশিংগী মপোক খুদিংগী লমন শিংবা ঙমজররোই। মখোয়গী মফমদা ভক্তি শ্রদ্ধাঞ্জলি নত্তনা কচ্চনিঙাই শৈজদে।

মথংদা ওঝা-গুরুশিং, ভাগবত, গীতা, সংস্কৃত ধর্ম নীতি শাস্ত্র পুরাণচিংবা গ্রন্থশিংগীসু মপোক খুদিংগী মতম পুন্নমক্তা লমন তোঞ্জরে। ঐবু তাকপীখিবা, পাওতাক পীবিখীবা মরুপ মপাং, সজ্জন পুন্নমক্কীসু লমন তোঞ্জরে। তথাস্তু।

ভবদীয়

এল, কালাচান্দ

ইম্ফাল, তাং ২৯।৩।১৯৭৭ ইং (রামনবমী দিবস)।

# বৈকুণ্ঠ-বার্তা করিনো?

বিশ্ব মানবজাতি পুম্নমক্কী মফমদা নোল্লক্লা নীংশিংজরি। "বৈকুণ্ঠ বার্তা" হায়বসি সংসার মীওইবা জাতি পুম্নগী থম্মোয়গী অমম্বা মায়া পুম্বা কোক্কুনা সংসার অফা-অপুন অমম্বুং চক্রদগী মুক্তি ফংদুনা অমদি ডশেংনা শান্তি-সুখ ফংনবগীদমক পরং ব্রহ্ম পরমাত্মানা জীবাত্মা ( লোয়নবদা ) দা তাকপীবা শেংলবা থুপ্লবা অমৃত বাণীনি অমসুং ফিলোশোফীগী "ব্রান্ড পীস থেসিস" মচা অমনি। বার্তা (পাওজেল) ১ দগী ২৫ ফাওবগী মমুংদা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অনিগী ব্রাহং পাউখুম্না থম্না য়াওরী। অহানবা বার্তাদা বৈকুণ্ঠলোক্তা (অমম্বা মায়া লৈত্রবা শেংলবা মফমদা) জীবাত্মানা পরমাত্মাদা অমুম্না হংজখী — "জীবনা করিগী হম্না হম্না পোক্লিবনো, রারিবনো? জীববু পুন্দুনা অব্রাবা পীরিবা য়েক্লবদো কনানো? অদুগা কমদৌনা অফা-অপূন অব্রা-না পুম্নমক্কগী নাম্থোক্কুনা শান্তি ফংগনি?" পাওখুমদা পরমাত্মানা তাকপীখি — "কনাসু নত্তে তাইবং নংগী য়েক্লবা অতোপ্পা, নশা নথম্মুনা নশাগী য়েক্লবনি, মরুপসু ওইবনি। অপাম্বা বিষয়মানা নংবু পুনবনি। অদুনা অপাম্বা মিহৌবা থাদোক্লগা মুক্তি শান্তি ফংগনি।"

অকিবা অব্রাবা সংসার সমুদ্র ঈপাক লানবীনবগীদমক গুরু অমসুং পরমাত্মাগী মহিমা তাকপীরি। মীওইবগী খওদবা-তৌদবা

য়াদ্রবা মথৌ, ধর্ম-কর্ম ১স্নুং সামাজগী মনুংদা মহৈমহৈ চৎনগ-দৌবা হৌন-লোনচৎনচিংবা নীতি শাস্ত্র কয়াগী মরমদস্থ শুগায়না তাকপীরি। "ঈশ্বর লৈব্রা, লৈতব্রা? কদাইদা করম্না লৈ? করম্না মাবু ফংগনি"? হায়বা পাউখুমদা বার্তা ১৪—কায়না, ২১,২২ শুবদা মণ্ডাকিনী তীর্থদা পরস্থানা "ঈশ্বর মফম খুদিং শীনথুংনা লৈবগী" খুদম প্রমাণ কয়া পীদুনা তাকপীরি। অস্নুম্না বৈকুণ্ঠ বার্তা অসিদা ১দগী ২৫ বার্তাগী মনুংদা মীওইবগী খণ্ডগদবা তৌগদবা ধর্ম নীতি শাস্ত্র ১স্নুং মরু ওইবা তত্ত্ব পুম্নমক তীর্থ-আশ্রম কয়াদা জীবাত্মা পরমাত্মা অনিনা ৱারী শাদুনা লৈনদুনা তাকপীরি।

অকোনবদা থম্মোয়গী অমম্বা-মায়া পূস্বা কোক্কুনা জীবনা সংসার চক্রদগী মুক্তি ফংনবগী মরমদা, অরোইবা বার্তা ২৩,২৯, ২৫ দা জীবাত্মা অমস্নুং পরমাত্মাগী তোঙান তোঙানবা শক্তম তাকপগা লোয়নননা ব্রহ্ম-তত্ত্ব, সাংখ্য তত্ত্ববু পরমাত্মানা তাক-পীরি। মতাং অসিদা গাড়ীগী পাট পুম্নমক ভিন্নদুনা পান-খংলগা ড্রাইভরনা থৌদুনা চৎহনবগুম অমস্নুং সিনেমা ড্রামাদা লীলা পুম্নমক উৎপগুম, "পরমাত্মানা তত্ত্ব ২৪না পূনশিন্দুনা জীবগী হকচাং শারগা ২৫ শুবা তত্ত্ব (পরমাত্মা) না মনুংদা চঙলগা শারথী ওইদুনা জীববু করম্না লেঙহন-চৎহলনবনো" হায়বা দিব্য সাংখ্য তত্ত্বজ্ঞান শুগায়না মচেক শেংনা পরমাত্মানা তাকপীরি ১স্নুং নুমিৎকুম সংসার অমম্বা থম্মোয় পূস্বা কোকহনবীরি।

ব্রহ্মানা তাইবংপান শেম্নবা জ্ঞান তানবদা চহী ১০০০ তপ তৌখিবগুম পীক্লবা থেসিস লাইব্রিক অসিগী মমিং ১স্নুং

মহাক্গী মচাকশিংসি পুথোকপা হোংনজবদা গীতা, ভাগবত আধার ভিত্তিদা চহী ১০ লোম রিশার্চ তৌজখী, লোয়ননা নীতি, শাস্ত্র পুরাণচিংবা সংস্কৃত ধর্ম গ্রন্থ কয়াম্না নৈনবা তাখী। অমসুং তীর্থ আশ্রম কয়াদসু চত্তুনা সাধনাসু তৌজখী।

মসি পুথীগী বেদশাস্ত্রনচিংবা ধর্মগ্রন্থ পুম্নমক্কা শক্নোমগুম নৈরগা মথক্তা কারকপা মাংখোন মতমগুম্বনি অমসুং অমম্বা থম্মোয় সংসার পুম্বা মাঙহন্নবা তুংশিনবা ঙমিংকী মশক্তি। অদুনা চাক্লবা বিশ্বগী শান্তি পীনবগীদমক পৃথিবীগী অমম্বা ভায়রবা পরমাত্মাগী মূল মন্ত্র মসাক্ত বাণীনি। গুরু-কৃপাদগী গীতা ভাগবত মহালনা তীর্থ কয়াদা জীবাত্মা পরমাত্মা অনিনা ভাগনবা তাঙবা পাউনী। মসি ঐনা পাউজবা নত্তানে, পরমাত্মানা তাকপীবনি। ইতি ধ্রুবমস্তু।

অহৈবা

শজিবু ৯ নি পানবা রাম নবমী দিবস

মঙ্গলবার ইম্ফাল, তাং ২৯ | ৩ | ১৯৭৭ ইং

# হীরম-লামায়

## মন্দাকিনী তীর্থ

### সূর্য্য স্তুতি



অমম্বা সংসার পুম্বা, ভালহনবীরিবা দিনমণি।
পুক্নঅজরি হন্না হন্না, সূর্য্যদেব কোরৌহনবু ॥
কোকহনবীয়ু ননাইগী, অমম্বা থম্মোয় সংসার পুম্বা।
পীনবিয়ু-তেজঃ শক্তি আয়ু, বিশ্ব-শান্তি সেবাদা ॥

ন' কনা ভাৰ্থ

## গুরু স্তুতি



অমম্বা হস্নোয় ঙালহনবীরিবা, লমজীং মৈরা শায়বীরিবা।
নৌরেন হিনাও শাবিদুনা, অকৌবা তাইবং সমুদ্র লানবীরিবা
জ্ঞানগী মূর্ত্তি ওইবীরিবা, পরংব্রহ্ম নারায়ণস্বরূপ্।
খুরুমজৈ হন্না হন্না খুয়াখাদা, ভক্তি শ্রদ্ধাঞ্জলিনা ॥
পীনবিয়ু দিব্য দৃষ্টি, ব্রহ্ম তত্ত্ব জ্ঞান ননাইদা।
তাকপীয়ু বিশ্ব-শান্তি মূল মন্ত্র, পরমাত্মা বাণীদো ॥

ওঁ পরমাত্মনে নমঃ

# বৈকুণ্ঠ-বার্তা

## মন্দাকিনী তীর্থ

( শ্রীকৃষ্ণ জন্মাষ্টমী দিবস, ১৯৫৮ ইং )

### সূর্য্য স্তুতি

অমম্বা সংসার ভালহনবীরিবা দিনমণি নুমিৎপু।
খুরুমজৈ ননাইনা, পরংব্রহ্ম নারায়ণ স্বরূপ ॥
পীনবিয়ু দিব্যজ্ঞান, ব্রহ্মতত্ত্ব দর্শনবু ননাইদা।
তাকপিয়ু বৈকুণ্ঠ-বার্তা, নারায়ণ বাণী শেংলবা ।

### গুরু ব্রহ্ম স্তুতি

অমম্বা থম্মোয় সংসারগী, লমজাং মৈরা পাম্বরিবা ।
বিষ্ণু স্বরূপ, নারায়ণ নুমিৎকী মশক ওইরিবা ।
অমম্বা মায়া রাংমদা লৈবা, পরমানন্দ পীবিরিবা।
খুরুমজৈ শ্রীগুরুবু, হন্না হন্না ননাইনা খুম্নাদা।
পুন্নমকী সাক্ষী ওইরিবা, অন্তর্য্যামী জ্ঞান মূর্ত্তি।
ব্রহ্মানন্দ মশক ওইবীরিবা, লেঙদ্রবা মক্কুবা।
পীনবিয়ু দিব্যজ্ঞান, বৈকুণ্ঠ-বার্তা মক্কুবা।
শেংলবা পরমাত্মা' বাণী, বিশ্ব শান্তি পীনবা।



ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়ঃ

# বৈকুণ্ঠ-বার্তা

সম্পাদক

অমম্বা সংসার লম্কাংদা, লম্যাংনরবা তাইবং জীবনা।
অকীবা নরক সমুদ্র উবদা, লাঙতরুরবা মিপাইরবদা॥
চঙজখী পরমাত্মা স্বরূপ বিষ্ণুদা, মক্তবা বৈকুণ্ঠলোক্তা।
হংজখী জীবাত্মানা, মুক্তি শান্তি ফংনবা পরমাত্মাদা॥

# বৈকুণ্ঠ-বার্তা

( বিশ্ব-শান্তি )

১বা আদেশ-বার্তা

বৈকুণ্ঠ-কাঞ্চিপুর

( অক্ষয় তৃতীয়া, গুরবার, তাং ১৪ । ৫ । ১৯৬৪ ইং )

( বন্ধন-মুক্তি )

## জীবাত্মা

কনানা জীববু পুন্নিবনো, সংসারদা তনা।
করিগী ওমদে নাম্বোকপা, লাংদগী জীবনা ॥
তাকপিযু বৈকুণ্ঠনাথ, পুম্নমক্কী মপু পরমাত্মানা।
কোকহনবিযু ঐগী চিংনবা, অকিবা পুম্বা প্রভুনা ॥

## পরমাত্মা

অপাম্বা কর্মনা পুনবনি, জীববু সংসারদা তক্তনা।
অপাম্বা কর্ম তৌরিমখৈ, নাম্বোকপা ওমদে কৈদৌঙৈদা ॥
সংসার বিষয়া পাম্বদি, মায়া লাংনি পুন্ননবা।
পুনবনি চিংশিন্দুনা বিজুলীগুম, শোকউবদা বিষয়া ॥
বিষয়াসক্তি লৈরিয়খৈ, ওমদে ল্যাংদগী নাম্বোকপা।
নাম্বোক্নী লাংদগী, আসক্তি করুগা সংযম খুৎলায়না ॥

## জীবাত্মা

করম্না পুনবগে জীববু কর্মনা, তাকপিযু মপুনা।
করম্না নাম্বোক্নী, সংসার অফা-অপুনদগী জীবনা ॥

## পরমাত্মা

পুনবনি সংসারদা, মপূগী নত্তবা মরম্নাই কর্মপুম্বনা।
পুন্দবনি, প্রজাগী-মপূগীদমক তৌরিবা কর্মশিংনা॥
পুন্দে আকাশকুম, মপূগী-প্রজাগী ওইবা কর্মনা।
পূম্নমক হাংলস্ন, হাত্তবনি মহাক্না তশেংনা॥
পূম্নমক লোইনা থাদোক্লুনা, মপূগীদমক কর্ম তৌরগা।
ফংগনি মুক্তি, শান্তি, নুঙাইবা পুন্না জীবনা॥
বিষয়া পাম্বদগী, সঙ্গ পোকই সঙ্গদগী কাম।
কামদগী অশাওবা, শুঙ্কংপা বুদ্ধি মাঙই লোইনা॥
পুনবনি মীওইবা জীববু, "ঐননি" হায়বা নাপলনা।
ঐনা তৌবা নত্তে, তৌরিবনি পূম্নমক প্রকৃতিনা॥
"ঐদি" কোঙ্গোন্নি, ঈশিংদগী থোক্লগা তিন্নখিবা।
হকচাংদি রথনি, শারথীনা থৌরিবা তশেংবা॥
পুম্নোই মীওইবা জীববু, "ঐ" নাপল থাদোক্লগা।
নাম্বোক্লী জীবনা, সংসার অফা-অপুন্দগী শোয়দনা॥
কর্মফল থাদোক্লবা, তত্তনা পেল্লবা কনাবু ঙাইদ্রবা।
কর্ম তৌরস্ত্র মানা, তৌদবনি করিমত্তা তশেংনা॥
কনাবু ঙাইদ্রবা, চিত্তাম্না লাকশীল্লবা পৈশিন্দ্রবদা।
হকচাংনা থবক তৌরস্নু, মাবু পুন্দে কর্মনা॥
অফংবা থরদা পেল্লবা, অরা-মুঙাই কল্লকপা লৈত্রবদা।
নাম্বোক্লী লাংদগী, মাঙবা-তোংবা মান্ননা উরবদা॥

### জীবাত্মা

কনানা জীববু অরাবা পীবগে, সংসারদা করম্না।
ভাকপিয়ু প্রভু, কনানা জীবগী য়েক্লুব-মরুপনো॥

### পরমাত্মা

কনাস্তু নত্তে য়েক্লুবা, নংগী মরুপস্তু অত্তোপ্পা।
নশা নথস্তু য়েক্লুবনি, নংগী মরুপস্তু খঙউদা॥
নশানা পূক্নীং লাকশিল্লগা, থেঙ্ন্গুম অপাম্বদগী।
নশানা নশাগী মরুপনি, ভণেংবা কাউগনু জীবাত্মা॥
য়েক্লুবনি নশা নথস্তু, নশানা পূক্নীং লাকঙমদ্রগা।
মন আগ্না লাকশীল্লু, য়েক্লুবা লৈরোই অরাবস্তু॥
আত্মাবু অরাবা পীরিবা, অহুম্নি নরকী থোঙ্।
কাম, ক্রোধ, লোভ, থাদোকউ য়েক্লুবা অহুমসে॥

### জীবাত্মা

অপাম্বনা, পূক্নীং লাকঙমদ্রবা ভাইবং জীবগী।
করি ওইবগে মত্তো, কমদোই মাগী দশা॥

### পরমাত্মা

অপাম্বনা পূরবা, লাকঙমদ্রবা জীবগী পূক্নীংদি।
দুংশিংবা হুম্লবা হিনাওনি, অচৌবা ঈপাক্তা॥
ভাউথনি, অরাবা পুন্সি তুরেল ঈরৈদা লেপ্তুনা।
লাকশীম্নি, অকিবা সংসার সমুদ্র ঈপাক্তা শোয়দনা।
পেন্দ্রবা লম্মৈগী মশক্নী, অপাম্বদি য়েক্লুবা তমথিবা।
অপাম্বা থাদোকউ, লৈরোই অফা-অপূন অরাবা অমত্তা॥

বৈকুণ্ঠ-বার্তা

২শুবা আদেশ-বার্তা

শান্তিপুর-কৈদিংগাশ্রম

( শান্তি-সুখ )

## জীবাত্মা

সুঙাইবতা পামই জীবনা, পামদে অরাবদি অমতা।
সুঙাইবা পামই অতোপ্পা, সুঙাইবা কয়া ফংলবদস্ত।।
পুন্নমক লোইনা ফংলস্ত, রারি খোইনা হেন্নদুনা।
লৈত্রবরা সুঙাইবা কনা, সংসারদা অশেংবা।।
তাকপিয়ু হে বৈকুণ্ঠনাথ, কররম্না ফংগি সুঙাইবা।
কনানা খাইদগী সুঙাইবনো, কনানা খাইদগী রারাবা।।

## পরমাত্মা

পেনবা লৈতে, তাইবং জীবগী অপাম্বা মহৌশা।
পেনবা নাইদে তাইবংনা, ফংলবস্ত লৈরিবা পুম্বা।।
মাঙব্রে হিরণ্যকশীপ, রাবণ, খাণ্ডুথক্ত কেমদুনা
মরোল অহুম মপু ওইরবদস্ত, পেন্দবনা।।
অপাম্বা লৈরিমখৈ, লাণ্ডতকুনী পুক্লীং তভনা।
লৈরোই শান্তি, সুংশিংনা হুন্নবা উপালগুম্না।।
সুঙাইবা ফংলোই কদোইঙৈ, শান্তি লৈত্রবদা।
খাদোকউ অপাম্বা, ফংনি শান্তি সুঙাইবা পুন্না।।
লৈত্রবনি সুঙাইবা অমা, পেন্ন-হৈবক্সা মান্নবা।
লৈত্রবনি অরাবা অমা, পেন্দবগা মান্নবা।।

## জীবাত্মা

শান্তি পাম্মী মুঙাইবস্নু, ভাইবং জীবনা তত্তনা।
শান্তি ফংদে কদৌথৈদা, মুঙাইবস্ন জীবনা॥
করম্না ফংনি শান্তি, জীবনা মুঙাইবা সংসারদা।
ভাকপিয়ু উপায় মপুনা, জীবগী অরাবা কোরবা॥

## পরমাত্মা

মুংশিৎনা হুম্না উপালনা, হাইবগুম হুমলিমথৈ।
অপাম্বা লৈরবা পুক্নীংস্ন লাঙতক্কৈ অদুকমতিক॥
শান্তি ফংদে কদৌথৈদা, লাঙতক্করিমথৈ পুক্নীংনা।
মুঙাইবা ফংদে কদৌথৈদা, শান্তি ফংদ্রিমথৈ জীবনা॥
লেঙদ হাইদগুম উপালনা, হুমদ্রবদা মুংশিৎনা মহৌশা।
ফংগনি শান্তি জীবনা, অপাম্বা লৈত্রবদা তশেংনা॥
ফংগনি শান্তি ভাইবংনা, "ঐ" নাপল লৈত্রবা মশাদা।
অপাম্বা লৈত্রবা, কক্ক মিহৌবা লৈত্রবদা শোয়দনা॥
অক্ষংবদা পেল্লবা, অরা-মুঙাই অমগা উরবা তশেংনা।
কক্ক-য়েংথি লৈত্রবদা, ফংগনি শান্তি জীবনা॥
থেঙ্গুনা ফংই শান্তি মুক্তি, অঙ্গ পুম্বা চিংশিন্দুনা।
চিংশিল্লু পুক্নীং বিষয়াদগী, ফংগনি শান্তি শোয়দনা॥
মুংশিবা থেংনরগা হরাওদ্রবা, য়েক্কবা উরগা রাদ্রবা।
ব্রহ্ম খঙবনা ফংই, ব্রহ্মানন্দ শান্তি অথোইবা॥
কাম ক্রোধ ইথিনবু, খাঙবা ঙম্নদি শিদ্রিথৈদা।
যোগীনি মহাক্তো, ফংগনি শান্তি মুঙাইবা পুন্না॥

কাম ক্রোধ লৈত্রবা, চিত্তাগী লাকশীল্লবা মতমদা।
আত্মা মশক খঙবনা, ফংই শান্ত ব্রহ্মানন্দ ॥
ইন্দ্রিয় মন ফাজীল্লবা, মোক্ষ পায়না ছেশেংনা।
ইচ্ছা ভয় ক্রোধ লৈত্রবদা, ফংই মুক্তি শোয়দনা ॥
পূক্নীং অমতা ওইরবদা, জয় তৌরবনি সংসার মানা।
ফংনি পরমানন্দ ব্রহ্ম, শান্তি মুক্তি লেঙদ্রবা ॥
ভুরেল পূম্বা তিনবগুম, থল্লবা লেঙদ্রবা সমুদ্রদা।
ব্রহ্ম খঙলবনা ফংই শান্তি, অপাম্বা পূম্বা মাঙখিদ্রুম ॥
অন্তরাত্মাদা মুডাইবা, পেল্লবা আত্মজ্ঞান লৈরবা।
সাংখ্য যোগীনা ফংই, শান্ত ব্রহ্ম নির্বাণ শোয়দনা ॥
সংসারদা বিষয়া পামদ্রবদা, ফংই আত্মানন্দ জীবনা।
আত্মানন্দদগী ফংই, শান্তি পরমান্দ ব্রহ্ম মাঙদ্রবা ॥
নিষ্কাম কর্ম যোগীনা, ফংই শান্তি মহম পামদবনা।
সকামীনা মহম পাম্বনা, পুন্নি সংসার অরাবদা ॥
মথৌবু মপূদা কণ্ডুনা, অপাম্বা লৈতনা তৌরবদা।
পাপ্পা শোক্তে, ঈশিংনা থম্নাগুম ফংই মুক্তি ॥
পাপ লৈত্রবা, চিংনদ্রবা পুক্নীং লৈতারবা জীবনা।
ফংই ব্রহ্ম নির্বাণ, ব্রহ্মবেত্তা জীববু মুংশিবনা ॥
ঈশ্বরদা চঙজরবদি, কর্ম পূম্বা তৌরম্থু তত্তনা।
ফংই শান্তি মুডাইবা, মাগী কৃপাদগী লেঙদ্রবা ॥
পোণবা চাউথোকপা নাপল, কাম ক্রোধ লৈত্রবা।
"ঐগী" রাখল লৈত্রবনা, ফংই শান্তি তপথবনা ॥

মহাপুরুষ ত্যাগী ভক্তগী, জীবন চরিত নৈনবসু।
অপাম্বা লৈরোই, কংনি শান্তি নুঙাইবা জীবনা।।
অপাম্বা লৈতনা, কর্ম পূম্বা ব্রহ্মদা কত্নূনা ভৌরবদা।
পাপনা শোক্কে আকাশকুম, কংই শান্তি মুক্তি হেশেংবা।।
জ্ঞান্না চিংনবা কোক্লবা, যোগনা কর্মশিং কংলবা।
আত্মা খডববু পুন্দে কর্মনা, যংই শান্তি মুক্তি।।
ইন্দ্রি খুত্নুম চল্লবা, আত্মা তত্ত্ব খিবনা কংই আত্মজ্ঞান।
আত্মজ্ঞান কংলবদা, কংই শান্তি নির্বাণ থীজ্জনা।।
শ্রদ্ধা লৈতবা চিংনবা, অপডবদি মাঙজগনি মথন্তা।
নুঙাইবা লৈতে চিংনবদি, ইহলোক পরলোক্তা কদৌইদা।।
আত্মাবু পরমাত্মাদা তিল্লবা, পাপ লৈত্রবা যোগীনা।
শান্তি কংই নুঙাইবা, ব্রহ্ম কংবগী অথোইবা।।
অরা নুঙাই মাল্লনা উরবা, লৈতূম নুংত্নুম সনাসু।
নুংশিবা নুংশিদবা অমত্তা উবা, নিন্দা স্তুতি মান্নবা।।
থাগৎপা চৈবা, য়েক্লবা মরুপ অমত্ত উরবা।
অপাম্বা পূম্বা লৈত্রবনা, কংই শান্তি নির্বাণ।।
ভাগবত গীতা, ধর্ম গ্রন্থ নৈনবা সৎসঙ্গসু।
মন আত্মা লাকপীজ্জনা, কংনি শান্তি নুঙাইবা।।

তশুবা আদেশ-বার্তা

# শিবালয়-হৈপোক

শ্রীশ্রীকৃষ্ণজন্মাষ্টমী দিবস – ১৯৬৪ ইং

( গুরু-মাহাত্ম্যম্ )



## জীবাত্মা

অমম্বা সংসার সমুদ্র ঈপাক্তুগী, লানবীনি কনানা।

তাইবং পুন্সী হিনাওসে, তাকপিয়ু দীননাথ॥

আঁধীনা হুমলে, মায়কৈ মরিদগী প্রলয়দা।

নোং থাক্লী অকিবা ফংনা, অতৎপা নৈতনা॥

চৈরাক্লরে হিনাওসে, চাংজো নাইদ্রবা ঈপাক্তা।

তাকপিয়ু হে পরমাত্মা, কনানা লানবীনি ঈপাকসে॥

## বিশ্ব-শান্তি ( গুরুমাহাত্ম্যম্ )

### পরমাত্মা

লানবীনি গুরুনা শোয়দনা, পুন্সী হিনাওসে।
নৌরেন পায়দুনা, সংসার সমুদ্র ঈপাক্তগী ॥
লমজিংবীনি অমস্বদা, মৈরা পায়দুনা মানা।
লানবীনি শ্রীহরিনা, মৃত সংসার সমুদ্রসে ॥
ফংগনি পরমাত্মা জীবনা, শ্রীগুরু কৃপানা।
চংজো গুরু খুয়া খাদা, লানবীনি ঈপাকসে মানা ॥

### জীবাত্মা

গুরু হায়বসি কনানো, তাকপীযু মপূনা ননাইদা।
তাজনাই গুকগী, মতিক মগুণ শক্তমসু জীবনা ॥

### পরমাত্মা

অমস্বা কোকহনবদো গুরুনি, খণ্ডদবা খণ্ডহল্লিবা।
পরং ব্রহ্ম নারায়ণ, সুমিৎকী মশক্তি গুরুদি ॥
তাইবং ঈপাক লানবীবা, নৌরেন হিনাও শাবনি।
পুন্সি লম্কাংগী লমজীং মৈরা পায়বনি মদি ॥

### জীবাত্মা

গুরু মখল কয়ানো, তশেংবা গুরুনা কনানো।
করস্বা গুরুদগী করি তম্মী, কনাদগী করি নৌরোই ॥

### পরমাত্মা

গুরু মখল য়াম্বনি, খণ্ডদবা তাকপীরিবা সংসারদা।
মী লাই শা উচেক, তীন জীব মখল মথা লৈরিবা ॥

খণ্ডদবা তম্নী অখণ্ডবদগী, গুরুনি খন্দুনা।
লৌশিন্নী জ্ঞান, তোল্লবা জীবদৈস্থু কান্নবা তত্ত্ব ॥
তত্ত্ব জ্ঞান লৌগনি, নাতৈ প্রমাণ চাবদি।
অঙাংদগীস্থু শা উচেক তীন্দগী ওইরবস্থু ॥
যুক্তি প্রমাণ চাদ্রবদি, লৌফদে পণ্ডিতগীস্থু।
লৌগনি অমৃত শরুক্তি, হূদগীস্থু খন্দুনা ॥
শূনগনি সনা, অমোৎপদগী হেরা মনিমুক্তা।
লৌগনি অফবা ফিদমদি, য়েরুবদগীস্থু মীওইবনা
য়েন্দগী তম্নী য়াহৌঙনবা, যনদগী সেবা তৌবা।
তম্নী নোম্বা কনবা, ককচেং হয়িংখোইদগী ॥
মিরাংদগী তমগনি, সাধনা সিদ্ধি ফংনবা।
উরোক্তগী তমগনি ধ্যান, থেঙ্গুদগী সংয়ম ॥
তমগনি শান্তি, পৃথিবী ঈশিং থাজদগী।
তমগনি নোল্লুকপা, ঈশিংদগী চীংদৈ খাঙবা ॥
তমগনি পেন্ন-হৈবা, লাইরেন্দগী পৈশিন্দবা।
তমগনি মপূনীংবা, হূইদগী মিংকপ থোকপা।
তমগনি অরাংবা রাখল, মৈথুদগী পুন্সি কিদম।
তমগনি থমোয় শেংবা, মুক্তাদগী নোংদৈ সমত্ব ॥
তম্নী তপস্যা, ধ্রুব প্রহ্লাদগী পূক্রীং লেঙদবা।
তম্নী সত্য হরিশ্চন্দ্রদগী, অচুম্বা ভাঙবা চৎপা ॥
তম্নী ত্যাগ ভরতগী, ওইজবা থাদোকপা।
তম্নী দান কর্ণদগী, শিবিদগী কনবীবা জীব ॥

তম্নী আত্মা সমর্পণ, দধীচিদগী লোক সেবাদা ।
তম্নী প্রভু ভক্ত, হনুমান্দগী রামদগী প্রজাসেবা ।।
তম্নী তপ বিশ্বামিত্রদগী, জড় ভরতগী সংযম ।
তম্নী তপথবা থাওবা, যিশু, কৃষ্ণদগী নুংশিবা ।।
খওদববু খওহনবদু গুরুনি, অচৎ চত্ত ওইরসু ।
তশেংবা গুরুদি, আত্মব্রহ্ম জ্ঞান তাকপীবনি ।।
ইমানা পৃথিবী, ইপানা প্রজাপতি ব্রহ্মা মশক্তি ।
গুরুনা পরং ব্রহ্ম, নারায়ণ মশক্তী জীবগী ।।
অথোইবা গুরু অহমসি, মিংনা উবা লাইনি ।
ইরাৎনি মখোয়বু শ্রীবিষ্ণুগুম ভক্তি শ্রদ্ধানা ।।
মখোয়না পেল্লগা, মহৈ য়াল্লি হোংনবা ৎপূম্না ।
মখোয়না য়াদ্রগা, পূম্নমক মাওই তৌজবা ।।
অথোইবা মপু ফংওমদে, গুরু কৃপা নত্তনা ।
জগত গুরু শ্রীকৃষ্ণসু, চওজখী গুরু সন্দীপনিদা ।।

---

৪শুবা আদেশ-বার্তা

## শিবাশ্রম, বুড়া শিব

( জীবগী য়েক্লবা )

### জীবাত্মা

জীববু নরক্তা লংথরিবা, কনানো আত্মা মাওহনবা ।
তাকপিয়ু হে বৈকুণ্ঠ নাথ, য়ৈক্লবদো কৈদা লৈ ।।

## পরমাত্মা

জীববু নরক্তা লংথরিবা, লৈবনি য়েরবা অহুম।
কাম ক্রোধ লোভনি, থাদোকউ অহুমসে ॥
লৈম্মগী মশরি, য়েরবা অহুমসে তমথিরবা।
মাঙহল্লি জীববু মখোয়না, তুম্না চাক্তুনা ॥
মৈথুনা মৈবু কৃপ্পগুম, মিংশেলবু উফুলনা।
কৃপ্পনি আত্মাবু মখোয়না, গর্ভবু নাওয়োমগুম্না ॥
মাঙহল্লি জ্ঞানবু, কুপশিন্দুনা মখোয়না।
মাঙহল্লু ফত্তবা য়েক্লবশিংসে, জীবগী তমথিবা ॥
লৈবনি মখোয়দি, জ্ঞানেন্দ্রিয় মন বুদ্ধিদা।
শুদ্ধংলী মখোয়না, তাইবং জীবগী জ্ঞানবু ॥
লাকশীল্লু ইন্দ্রিয়শিং অহানবদা, জ্ঞান মাঙহল্লিবা।
ইন্দ্রিদগী হেন্না কন্নবদি, মননি লাকওমদ্রবা ॥
মন্দগী অথোইবা বুদ্ধিনি, বুদ্ধিদগী থোইবা আত্মব্রহ্ম
আত্মব্রহ্ম খওলগা, ওম্নি লাকশীনবা মন ইন্দ্রিয় ॥
লৈবনি য়েরবা অতোপ্পা, মোহ মদ মৎষর্য্য।
মাঙহল্লু পূন্না. য়েক্লবা তরুক ওৎ-নৈরিবা ॥

কাম ক্রোধ লোভ, মোহ মদ মৎষর্য্য য়েরবা।
কদাইবু কৌবগে, তাকপিয়ু প্রভু তোপ্পা তোপ্পা ॥
করম্না মাঙহল্লি, মখোয়না জীববু অরাবা পীডুনা।
করম্না কৌরি মখোয়বু, তাইবং জীবগী য়েরবা ॥

## পরমাত্মা

কামদি অপাম্বনি, মায়াদগী পোকপা পেন্দবা।
কাম মায়াদি শুক্নৎপনি, জীববু পুল্লিবা লাংনি।।
নাম্থোকপা ঙমদে জীবনা, মায়া লাংদগী থক।
অপাম্বা লৈরি মখৈ, লৈগনি পুন্দুনা কন্না।।
অপাম্বদগী পোকই সঙ্গ, সঙ্গদগী পোকই কাম।
কান্না পোকই ক্রোধ, ক্রোধনা পোকই জ্ঞান মাঙবা।।
জ্ঞান মাঙবদগী, মাঙলকপনি বুদ্ধি-নীংশিংবা।
বুদ্ধি মাঙবদগী মাঙলকই পূম্নমক লোইনা।।
ক্রোধদি অশাংবনি, প্রলয় লম্মৈ মশক্লী।
পেন্দবা অহঙ্কারদগী পোকপা, রজগুন্নী॥
বন্দগী হৌবা লম্মৈনা, বন পূম্বা চাকপগুম।
মথন্ত মাঙজৈ চাক্ত্না অশাওবা মৈরীনা লোইনা॥
মাঙহল্লু অশাওবা, মন আত্মা লাকশীন্দুনা।
তপথবা খাঙবনা, ফংগনি শান্তি মুক্তি নংনা॥
অশাওবা লৈত্রবদি, জয় তৌরবনি সংসার।
মাঙহল্লু অশাওববু, পেন্ন হৈবা তপথবা সংয়ম্না॥
লোভদি মিহৌবনি, পেন্দবদগী পোকপা লৈন লৈনা।
থরাই মাঙই জীবনা, পেন্দবা মিহৌবদগী খুদক্তা॥
মিহৌবা ঙানা থরাই মাঙগুম, খোইনা লেংতুনা।
মিহৌবা হামেংনা শিবগুম, কুহাদা চোংথতুনা॥
মাঙখ্রে থরাই রাবণ মহারাজ খাঙথক্তা।
মরোল অহম মপু, ওইরবদসু মিহৌবদগী॥

মোহদি শুক্লহৎপনি জীববু, মায়ানা কুপ্তুনা।
কৃপশীলবনি আত্মা মুথিৎপু, মোহগী লৈচীন্না॥
অমম্বদা তারিবা লৈ পরেংবু, লিম্নি কিবা মোহনী।
চীংদোন্দা মুমিৎ থোক্লে, খল্লিবসু মোহনী॥
লৈচিন্না কুপ্পা মুমিৎপু, থোক্লে খল্লিবা জীবনা।
ওন্ননা খল্লিবা পূম্বা, খণ্ডউ মোহনি হায়না॥
মোহগী লৈচিন্না, আত্মা মুমিৎ কুপখিবনা।
উদবনি আত্মাবু, অশেংবা জ্ঞান মাঙবনা॥
মদন্তি ময়ায় কাবনি, রজগুন্দগী পোকপা।
নাপল পোকই, ময়ায় কাবদগী মাঙনবা মরু॥
হিরন্যকশীপ রাবণ, মরোল অহুম মপুদো।
মাঙব্রে মথন্ত, নাপল মৈরীনা চাক্লুনা॥
নাপল চাওবা বলিদো, নমথখ্রে পাতালদা বামন্না।
নাপল চাওবা ইন্দ্রগী, মমু য়েথেকখী কুমঙনা॥
মৎষর্য্যাদি কল্লক য়েংথীবনি, মীগী অফবদা।
ফত্তবা পুক্লীংগী বিকারনী, মীবু তাথীবা॥
মীনুংশি খণ্ডদবনি, মীগী অফবা পামদবা॥
ফত্তবা বুক্কিনী, মীগী মাঙনবা খনবা॥
মীগী মাঙনবা খনবনা, মাঙবনি মানা হান্না।
পূম্নমক্লা মায়োক্লা লৈবনা, তাবনি অরাবা মানা।
মাঙখ্রে দুর্য্যোধন, শাগৈ লোয়ননা তুম্না।
পাণ্ডবপু কল্লক য়েংথীবদগী, লৈত্রবসু অরাৎপা॥

কাম ক্রোধ লোভ, মোহ মদ মৎষর্য্য য়েক্লবা।
মাঙহল্লু তরুকসে সংয়ন্না, ফংগনি শান্তি ।।

**জীবাত্মা**

জীববু অরাবা পীরিবা, কনা লৈবগে অতৈ।
তাকপিয়ু প্রভু, য়েক্লবশিংদো কনা কনানো ।।

**পরমাত্মা**

পোঙবা থোয়বা চাওখোকপা, নাপল কৌবনি।
মাঙহল্লু মখোয়সে লোয়নবনি য়েক্লবা তরুক্কী ।।
খ্বাইদগী তমথিবা ফত্তবদি, কৌবনি হিংসা।
মাঙহল্লি জীববু মানা, আত্মাবু ওৎ নৈদুনা ।।

**জীবাত্মা**

হিংসা কদায়বু কৌবগে, তাকপিয়ু মপূনা।
করম্না মাঙহনবগে জীববু, আত্মাবু ওৎ নৈদুনা ।

**পরমাত্মা**

হিংসাদি ওৎনৈবা মাঙহনবনী, জীববু দুংশি হৈতনা।
লাক্লবনি জীববু, চীন্না পূক্লিংনা হকচাংনা ।।
হিংসানা পী অকিবা অরা'না, জীবগী থম্মোয়দা।
হিংসাবু তাথী মপুনা, নিন্দা তৌই পুন্নমক্না ।।
হিংসাদি মহাপাপ কর্মনি, হিংচাবগী লীচৎনি।
শাহীং চাবা তোন্নবা মপোক্না, পোকই হন্না হন্না ।।
হিংসা নত্তে, জীববু কন্নবা লাক্লবা কর্ম পুন্না।
হিংসা নত্তে, মাইবনা থাঙ থাবসু, অনাবদা ফনবা ।।

হিংসা কৌদে মাঙহনবস্থ, চোর চণ্ডাল লুট তৌবা।
হিংসা কৌদে, মাঙহনবস্থ, মীয়াম প্রজা ওৎ-নৈরিবা ।।
হিংসা নত্তে অঙাং ব্রারকপস্ত, মমা মপা ওঝা গুরুনা।
হিংসা নত্তে মৃত্যু দণ্ড পীবস্ত, বিচারপতিনা মীহাৎপদা ।।
হিংসা ব্রাওদবা সৎকর্মদি, কৌবনি অহিংসা হায়না।
অহিংসাদি পুন্যনি, লাইগী লীচৎ কৌবনি মহৌশা।।
হিংচাবগী লীচৎনা, নরক তাবনি মপোক খুদিং তত্তনা
লাইগী লীচৎনা শান্তি ফংবনি বৈকুণ্ঠ কাদুনা শোয়দনা

৫ শুবা আদেশ-বার্তা

## সাগর তীর্থ-লোক্তাক

তাং ২৪। ১২। ১৯৬৩ ইং

( চরিত্র বল্ )

### জীবাত্মা

লাইগী লীচংনা কমদৌই, হিংচাবনা কমদৌবা।
লাইগী লীচৎনা বৈকুণ্ঠদা, হিংচাবনা কয়স্না নরক্তা

### পরমাত্মা

কিদবা অচুম্বা ঙাঙবা অথোইবা জ্ঞান তানবা।
দান যজ্ঞ তপ তৌবা, ইন্দ্রিয় লাকশীনবা।।
অহিংসা অচুম্বা, শাওদবা অপাম্বা থাদোকপা।
শান্তি চিরোন তৌদবা, ব্রহ্ম তত্ত্ব থিবা ।।

থৌজ্রাল, ঐগীনি হায়বা ভাব থমদবা জীবদা।
থম্মোয় চেৎপা ভপথবা, ত্তেজক্ষমা তৌবিবা ॥
থম্মোয় মমুং মপান শেংবা, পোক্তদ-য়েংথীদবা।
লাই লীচৎনি মখোয়সি, কৌবনি দৈববৃত্তি হায়না ॥
লাই লীচৎ চৎপদি, মীনা লাইনা চানবনি।
মুক্তি শান্তি ফংবনি, বৈকুণ্ঠদা কাবনি শোয়দনা ॥
হিংচাব' লীচক্তি, অশাঙবা নাপল তৌবা তমথিবা।
অয়াকপা ডাঙবা, রাখল লৈত্তবা জীববু ওৎনৈবনি ॥
হিংচাবা লীচৎনা হায় "ঐনি" ঐনা তৌরিবনি।
শক মজবা, লন লৈবা, ঐতনি নাপল তৌই ॥
কনবা থৌবা গুণ লৈবা, মকোক থোংবা "ঐনি"।
মীয়াম্না য়াবা থাগৎপা, অথোইবা ঐনি ঈশ্বরগুম্বা ॥
ঐনা হায়রগা লোইরে, ঐগীনি জগৎসে অসুম্না।
'ঐনি' পুম্নমক্কী মপূ, কনা লৈ ঐগা মান্নবা ॥
অসুম্না তমগুণ মোহনা, কুপখিদুনা হিংসা।
পাপ কর্ম তৌই, তৌনিংবত্তা তৌনি হায়দুনা ॥
মশাদা লৈবা অতৈদা লৈবা, আত্মা ঈশ্বরবু।
নিন্দা তৌদুনা, ওৎনৈ জীববু হিংচাবা লীচৎনা ॥
কাম ক্রোধ অহংকাররনা, থুক্কৎখিদুনা মহাক্লা।
তমথিবা কর্ম তৌই, অচুম অরান থিদনা ॥
করিস্থু নত্তে সংসাররসি, কাম ভোগ নত্তনা।
ওইবনি বন্ধন, অসুম্না কাম ভোগতা লুপ্পনা ॥

অসিগুম্বা জগৎ মাঙনবা, পোকপা পাপীবু।
মপুনা তাথী ম্বাম্না, নরক্তা লংথৈ হয়্না হন্না॥

জীবাত্মা

কনানা ফংই দণ্ডি, কনানা মনা ফংবা থবক্তা।
কনাগী দণ্ডিনা, কনাগী ফংনরি মনা সমাজদা॥
কনাগী পাপনা, ওইরি কনাগী পুণ্য কর্ম।
কনাগী পুণ্যনা, ওইরি অমগী পাপ ওম্ননা॥
কনাগী অমৃতনা, ওইরি কনাগী হূ মড়ুনা।
কনাগী হূনা, ওইনরি অতোপ্পগী অমৃত॥
কনাগী অফবনা, ওইরি কনাগী ফত্তবা।
কনাগী ফত্তবনা, ওইরি কনাগী অফবা॥
তাকপিয়ু বৈকুণ্ঠনাথনা, ঐগী চিংনবা পুম্বা।
করম্বা কর্ম তৌগনি, জীবনা মুক্তি ফংনবা॥

পরমাত্মা

থাদোকফদে, তৌগদবা নথৌদি কদৌদৈঙদা।
শিরবনি হিংলম্মু, মথৌ তৌদ্রবদি ভাইবংপান্দা॥
থাদোকফদে, দান যজ্ঞ তপতি কদৌদৈঙদা।
নিষ্কাম দান যজ্ঞ তপনা, ফংই নির্বাণ ব্রহ্ম॥
অথোইবনি মহোশা, নংগী হৈনবী কর্মনা।
তোপ্রবম্মু হেনবনি, মীগী থাগৎনবা কর্মদগী॥
অকিবনি নঙোন্দা, অতোপ্পগী শীংথাবা কর্মদো।
পাপ লৈতে নথৌদি, দোষ লৈরম্মু মহোশা॥

আত্মানা চিংনবা কর্মদো, থাদোকউ পাপনি।
অশুরাত্মানা পেনবদু তৌ, পুণ্য কর্মনি॥
বন্ধন ওইবনি, নশাগী ওইজবা কর্ম তৌবনা।
মুক্তি ওইবনি, মপুগী প্রজাগীদমক তৌবনা॥
তৌরিবা চারিবা, যজ্ঞ তৌরিবা পীরিবা।
তৌরিবা তপ পূন্বা, মপূদা কংলু, ফংনি মুক্তি॥
তৌরিবা থৌদাং পূন্বা, তেংবান মপূনা কংলগা।
পুবিনি মপূনা পাপ পূন্বা, ফংগনি মুক্তি শান্তি॥

শুভ শুবা আদেশ-বার্তা
শিবাশ্রম,' বুড়াশিব
বুদ্ধ পূর্ণিমা, জলকেলী দিবস।
মঙ্গলবার তাং ২৬।৫।১৯৬৪ ইং
( আত্মা-জীবাত্মা )

## জীবাত্মা

মাওখিবা আত্মাসে, হকচাংনা মাওখিবগা লোয়ননা।
মাওদবা কোকহনবিয়ু, চিংনবসি পরমাত্মানা॥

## পরমাত্মা

দেহরথগী শারথীনি, আত্মাদি পরমাত্মা অংশনি।
মাওবা নত্তে আত্মাদি, মাওপ্রবস্থ হকচাংনা॥

হোংবগুম অহনবা, অমনবা ফি হুন্দোক্লগা।
অনৌবা হোংই আত্মানা, অমনবা দেহ থাদোক্লগা॥
মুংশিংনা লৈনম্ হুমদুনা, পুবগুম অতোপ্পা মফমদা।
ইন্দ্রিয় শক্তি পুম্বা, লোয়নননা পুই আত্মানা চৎপদা॥
আত্মাদি পরমাত্মা অংশনি, পোক্ত শিন্দ্রবা।
দেহদা লৈরগা জীবাত্মা, মপান্দনা পরমাত্মা॥
ইমুং মপাল অকাশ, খায়বগুম য়ূমতনা।
জীবাত্মা পরমাত্মা খায়বনি দেহনা মরক্তা॥
য়ূমগী যক্লাং লৌথোক্লগা ত্তিন্নবগুম মন্থুং মপাল।
ত্তিন্নখি জীবাত্মা পরমাত্মা, হকচাং মাঙথ্রবদা॥
নুমিৎকী মমি তাবা, উরি ঈশিংগী পাত্রদা।
ত্তিন্নখি মমি নুমিত্তা, ঈশিং হৈদোকথ্রবদা॥
হকচাংদা লৈরিবা আত্মা, পরমাত্মা মমিস্থ।
ত্তিন্নখি অমত্তা পরমাত্মাদা, হকচাং মাঙথ্রবদা॥
মাঙবা নত্তে আত্মাদি, মাঙথ্রবসু হকচাংনা।
ত্তিন্নখি আত্মা পরমাত্মা, ত্তিনবগুম মমি নুমিত্তা॥
ত্তিন্নথ্রবা নুমিৎ মমিনা, তাবগুম অতোপ্পা পাত্রদা।
পরমাত্মাদা ত্তিনথ্রবা আত্মানা, চঙই অনৌবা দেহদা॥
য়ূমগী মন্থুং মপান্দা, লৈবগুম আকাশ তত্তনা।
লৈবনি আত্মা লেঙদনা পূন্নমক্কী মন্থুংদা মপান্দা॥

## জীবাত্মা

করিগী পোকপগে জীবনা, হন্না হন্না সংসারদা।
করিগী ফংই অরা-না, পোক্লিবা জীব খুদিংনা॥

## পরমাত্মা

নীংবা পান্বনা লমজীং ওইদুনা, পোকপনি শিরগা।
হন্না হন্না নীংবনা, পোকপনি চক্রগুম হন্না হন্না॥
পুক্নীংনা নীংবা পান্বা বিষয়দু, খন্দুনা লৈ তত্তুনা।
পোকপনি জীবনা সংসারদা, অরোইবগী অনীংবনা॥
লৈপাক্লা তাবা মরুনা, হৌরকপগুম পান্বী ওইনা।
পুক্নীংনা বিষয়া নীংবনা, পোক্লিবনি সংসারদা॥
বিসয়াদি মায়া লাংনি, পুন্নবা জীববু সংসারদা।
পোক্লবদি সংসারদা, ফংবনি অরা-নং পুনবনা॥

## জীবাত্মা

করিগী ফংই জীবনা, অফ-ফত্ত মপোক।
করিগী সুংঙাইরি কনানা, করিগী রারি অমনা॥
করন্না নাম্থোক্লি, সংসার চক্রদগী জীবনা প্রভু।
করন্না কোকনি প্রভু, সংসার অরা-না পূম্বা॥

## পরমাত্মা

নীংশিংদুনা লৈবনি, অপান্বদো জীবনা মহৌশা।
শিরগা পোকই মদু ওইনা, অরোইবদা নীংখিবদো॥
উচিখোই ওল্লি মিনা, মাবু খনবদগী তত্তুনা।
শক্তি ওনখি জড় ভরতসু, ব্রহ্ম খণ্ডলসু খল্লুবনা॥

থারিবা পোংকী মহয়, ফংবগুম লৌমীনা মহৌশা।
তৌরিবা কর্ম ফল ফংই, জীবনা অফ ফত্তবা
অফবদা পোকই অফবা তৌবনা, ফত্তবনা ফত্তবদা।
নুঙাইবনি অফবা তৌবনা, ফত্তবা তৌবনা অরাবা ॥
অফ-ফত্ত মপোক ফংবগী, মরম জীবনা।
ওইবনি প্রকৃতি গুণ অহুম্না, হায়গে তাও ॥
প্রকৃতিদগী পোকই, সত্বঃ রজঃ তমঃ গুণ অহুম।
পুনবনি দেহদা লৈবা জীবাত্মাবু, প্রকৃতি গুণনা ॥
প্রকৃতি গুণ ভোগ তৌই, আত্মানা দেহদা লৈদ্রুনা।
অফ-ফত্ত মপোক ফংই, ভোগকী গুণ মতুংইন্না ॥
সত্বনা পোকই জ্ঞান, নুঙাইবা সংসারদা জীবনা।
রজনা পোকই অপাম্বা, রাগ খৌরাংবা অরাবা ॥
তমনা জ্ঞান মম্বা, ঙাওবা পোকই অতনবা।
সত্বনা লৈবনি মথক্তা, রজনা ময়ায়দা তমনা লৈখাদা ॥
সত্ব গুণ চাওখৎপদা, শিরবদি জীবনা সংসারদা।
পুণ্যলোক্তা পোকপনি, পুন্নমক্তগী অথোইবা ॥
কর্ম সঙ্গদা পোকই, রজগুণ হেনবদা শিরগা।
অধগতিদা পোকই, তমগুণ হেনবদা শিরগা ॥
অহুম অহুম্বা ভাব, নীংশিংদ্রুনা শিরবা জীবনা।
মদুমক ওইনা পোকই, শোয়দনমক শিরগা ॥
শ্রীহরি নীংশিংদ্রুনা চৎলবদি, অরোইবদা মীদ্রুনা।
হরিবু ফংই মহাত্মা, লৈত্রবনি চিংলনিঙাই ॥

হরি ফংলবদি মুক্তি ফংই, সংসার চক্রদগী ।
কোক্কনি অরা-না, প্রকৃতি গুণ নাম্বোক্লনা ॥
নীংউ ঈশ্বর হরি তত্তনা, ফংগনি মুক্তি তশেংনা ।
মুক্তিদগী ফংই শান্তি, পরমানন্দ লেঙদ মাঙম্রবা ॥

৭শুবা আদেশ-বার্তা

মহাদেবাশ্রম,-খ্বারোক

( সৎসঙ্গ মহত্ত্ব )

**জীবাত্মা**

করম্না ফংগনি ঈশ্বর হরিবু, তাইবং জীবনা ।
তাকপিয়ু প্রভু, ঈশ্বর ফংনবা লম্বীদো জীবনা ।

**পরমাত্মা**

গুরু কৃপা নত্তনা, ফংবা ঙমদে ঈশ্বর ।
চঙজো সৎ গুরুদা, ফংনি ঈশ্বর শোয়দনা ॥
ঈশ্বর ফংনবা লম্বী, লৈবনি উপায় কয়ামুক ।
ব্রহ্ম তত্ত্বজ্ঞান তানবা, ঈশ্বর কথা শ্রবণ তৌবা ॥
ভাগবত গীতানচিংবা, ধর্মগ্রন্থ অধ্যয়ন ।
যোগ সাধনা ধ্যান, স্তুতি পূজা সমর্পণ ॥
ঈশ্বর ফংনবা তপ তৌবদা, লেনবনি পুন্সী চূপ্পা ।
ধ্যান তৌরি যোগী ঋষিনা, চহী কয়া তত্তনা ॥
তপ তৌখি ব্রহ্মানা যুগ কয়া মাবু ফংনবা ।
ধ্রুবনা ফংখি থা তরুক্তা, শ্রদ্ধা ভক্তি সমর্পন্না ॥

প্রহ্লাদনা ফংখি হরি, শ্রদ্ধা ভক্তি আত্মা সমর্পন্না।
খ্বাইদগী শম্বা লক্ষ্মীদি, সৎসঙ্গনি খূদক্কা ফংবা ॥

## জীবাত্মা

সৎসঙ্গ কদাইবু কৌবগে, মতৌ করম তৌবগে।
করম্না ফংবগে ঈশ্বর, সৎসঙ্গনা হৌজিক হৌজিক ॥

## পরমাত্মা

অফবা গুরু তিন্নবনি, সৎসঙ্গদি তত্ত্ব খঙবগা।
খঙগনি হৌজিকমক, গুরুদগী উত্নুনা তাত্নুনা ॥
অখঙ অহৈ তিন্নবনি, সৎসঙ্গ ফিদমদি মহৌশা।
শ্রবণ কীর্ত্তন ত্তৌবনি, ঈশ্বর কথামৃত্ত ॥
ধর্মগ্রন্থ তাবা নৈনবস্ত, ভাগবত গীতানচিংবা।
ঈশ্বর ভক্ত সৎগুরু তিন্নবস্ত, সৎসঙ্গনি অথোইবা ॥
য়োংপীনা তাউরি ঈশিংদা, তিন্নবদগী উগা।
ফংগনি ঈশ্বর, ব্রহ্ম খঙবা সৎগুরু তিন্নবগা ॥
সৎগুরু ফংঙমদে, সদাচারী নত্তনা মীওইবনা।
সদাচারী ওইঙমদে, ধর্ম্ম নীতি খঙদনা ॥
ধর্ম্ম নীতি খঙত্নুনা, সদাচারী ওইত্নুনা।
সৎগুরুদা চঙজৌ, ফংগনি ঈশ্বর মাগী কৃপানা ॥

## জীবাত্মা

সদাচার কদাইবু কৌবগে, করি কান্নৈ মানম।
সদাচারী নত্তগা, করি ওইবগে মীওইবনা ॥

## পরমাত্মা

হৌনলোনচৎনি অচারদি, থকশী খাশী নাইবা।
সদাচার কৌবনি, ফজবা লৌচৎপু সমাজদা চৎকদবা॥
সভ্যজাতিগী থৱায়নি, সদাচারদি লেংদ্রবা।
মানব্ জাতিগী মেরুদণ্ডনি, সদাচারনা সংসারদা॥
সদাচারীবু ইরাৎনৈ, মীরমলেন লাইরমলেন্দা।
সদাচারগা মান্নবা, লৈত্রবনি ইহলোক পরলোক্তা॥
ফজবা শক ননলৈবা, পাঙ্গল কনবা পুন্নমক লৈরিবা।
অরেম্বনি লমচৎ ফজ্রবদা, থৱায় যাওদ্রবনি মা॥
শরীর চাবা মনি, মীনা লাইনা কিনরবা।
চৎজম্নম লৈরে নিদস্থু আদস্থু, লমচৎ ফজ্রবদা॥
তাকই সদাচার জয় তৌগনি সংসার নংনা।
সদাচারী ওইনবা, তাক্লীবনি ধর্মনীতি শাস্ত্রনা॥

চশুবা আদেশ-বার্তা

মহাদেবাশ্রম, খ্বারোক

(সনাতন ধর্ম)

## জীবাত্মা

তাকপিয়ু প্রভু ধর্মনীতি, কমদৌবগে সদাচারনা।
করি থন্নে অনিসে, ধর্মনীতি সদাচারগা॥

## পরমাত্মা

ধর্মনীতি ভাক্লিবদো, কৌবনি সদাচারী খণ্ডউ ॥
খেন্নবা লৈতে অমভুনি, ধর্মনীতি সদাচার খণ্ডউ।
লৈবনি ধর্মনীতি কয়া, সদাচার ভাক্লনবা।
সনাতন ধর্মনীতি হায়গে, ভাও শাস্ত্রনা ভাকপা ॥
ধৃতি; ক্ষেমা দম অস্তেয়, শৌচ ইন্দ্রিয় নিগ্রহ।
ধীঃ বিদ্যা সত্যম অক্রোধ, ধর্মগী ফিদম তরা ॥
ধৃতিদি তপথবা খাওবনি, য়ৈখায়বদা অশাওবদা।
ক্ষেমাদি ভাকপি কনবীবনি, মরাল লৈরবদা ॥
দমদি পূক্লীং লাকশীনবনি, সংসার অপাম্বদগী।
হুরান্দবনি অস্তেয়দি, পাপুগী নাম্মোক্নবা।
শৌচনা খণ্ডনৈ, থম্মোয় মকুং মপান শেংবা।
ইন্দ্রি খুতুম চনবনি, ইন্দ্রিয় নিগ্রহ হায়বনা ॥
ধীঃ হায়বদি বুদ্ধি বিচারনি, অচুম-অরান খনবা।
বিদ্যাদি মহৈনি, জ্ঞান লৌশিং তাক্লিবা ॥
সত্যদি অচুম্বনি, অরানবা লৈত্রবা অরেপ্পা।
অশাওবা লৈত্রবনি খণ্ডগনি, অক্রোধ হায়বনা ॥

## জীবাত্মা

সনাতন ধর্মনীতি, তরাগী তোঙান তোঙানবা।
তাকপিয়ু মখোয়গী কান্নবা, মওং শন্দোক্লা ॥

## পরমাত্মা

যোগসাধনা তপস্যাদা, লাকপনি য়ৈখায়বা কয়া।
সিদ্ধি ফংদে খাওবা কন্দনা, হোৎনবা পুম্নমক্তা ॥

পৃথিবীনা খাঙলি তত্তনা, সংসার পাপ পুম্বা পুত্নুনা।
য়োক্লি জীব পুম্বা মতম্বাক্তা, ওৎ নৈবা পুম্বা খাঙডুনা ॥
ওৎ-নৈবা পুম্বা খাঙডুনা, ধর্মরাজ যুধিষ্ঠির নিংথৌবা।
ফংখি শান্তি মুক্তি, চঙনা স্বর্গ কাদুনা ॥
যিশুনা খাঙখি ওৎ-নৈবা পুম্বা, তপথডুনা সংয়ম্বা।
পাং তিংডুনা হাংলম্ব, খনখি পুম্নমক্কী ফনবা ॥
অফিংবা অশাওবদগী, পুম্নমক মাঙই তৌরিবা।
খাঙবা কনবা তপথবনা, পুম্নমক ফংই ফংঙমদ্রবা ॥
খাঙউ য়ৈখায়বা পুম্বা, যোগ সাধনা তপস্যাদা।
ফংগনি সিদ্ধি অপাম্বা, অথোইবদো শোয়দনা ॥
ভৃগুনা খোঙনা কাওবদা, তপথরবা বিষ্ণুনা।
ওইখি পুম্নমক্তগী চাউবা, মরোল অহুমদা ॥
ক্ষেমাদি ঙাকশীবনি, মরাল নৈবগী দণ্ডিবু।
তেংবানবা মপুনা পেনবী, ঙাকপী কনবীবদি ॥
অথোইবা সনাতন ধর্মনি, ঙাকপী কনবীবদি।
কনবীরোই বিচারপতিনা, হূরানবা লুট মীহাৎপদি ॥
ফনমক মরাল নৈডুনম্ব, অশাওববু খাঙডুনা।
কনগনি মুপী অঙাং যণ ব্রাহ্মণ লাই গুরুদি ॥
জগৎকী মপু বিষ্ণুনা, ঙাকপিখি ভৃগু মরাল।
ইরাৎখি দেব সভানা, ত্রিভূবন মপু অথোইবনি ॥
দমদি মন আত্মা লাকশিনবনি, সংসার অপাম্বদগী।
কৌবনি আত্মসংয়মম্ব, অতোপ্পা মমিং দমগী ॥

অঙাংবা শগোলগুম্বনি, মন্দি লাকঙম ফাঙমদ্রবা।
অরাবা সমুদ্রদা লংথৈ, জীববু মানা পুরগা॥
মুংশিংকুম থিংঙমদে, পেন্দবনি মৈরীগুম্না।
মায়া লাংদা চিংশিল্লি, লমহৈনবা মন্না জীববু॥
লাকশীল্লু মনবু সংয়ম্না, বিষয়া পাম্বদগী।
ফাজীল্লু মাবু থেঙ্গুগুম, অপাম্বা পূম্নমক্তগী॥
নাম্থোক্লি অফা-অপুন, সংসারদা মায়া লাংদগী;
ফংগনি মুক্তি শান্তি, পরমানন্দ লোয়ননা॥
অস্তেয়দি হূরান্দবনি, পাপ দণ্ডি কোক্লবা।
মুক্তি ফংই হূরান্দবনা, যম রায়েন চৈরাক্তগী।
হূরানবদি পাপ দণ্ডনি, য়াম্না চাউবা সমাজদা;
যম দণ্ড ফংই, পিতৃ মাতৃলোক নরক তাই॥
নিন্দা তৌই হূরানববু, মীনা লাইনা তঙনা;
দণ্ডি ফংই সিদস্যু আদস্যু, লৈবনি নরক্তা॥
হূরানবা থাদোকই, পুল্লোই পাপকী দণ্ডনা।
ফংগনি মুক্তি-দণ্ডিদগী, কাউদ্রু কে জীবাত্মা॥
শৌচদি, থস্মোয় মন্নুং মপাল শেংবনি মান্ননা।
মক্তবা অতিয়া মশক্লি, আত্মব্রহ্ম নুমিৎ উনবা॥
লৈচিন্না নুমিৎ খনবগুম, খনবনি ব্রহ্মবু মায়ানা।
হকচাংদা লৈবা আত্মাবু, উদবনি লৈনা লৈনা॥
নুমিং থোকপা উবগুম, লৈচীন থাংদ্রবা অতিয়াদা।
ব্রহ্ম নুমিং ঙানবনি, মক্তবা থস্মোয় অতিয়াদা॥

থম্মোয় শেংবা উৎথি, হনুমান্না থবাক শেগায়হুনা।
ভক্ত শিরোমণি কৌনরি, সীতা রাম ভান্দুনা॥
ইন্দ্রিয় খুছুম চনবনি, ইন্দ্রিয় নিগ্রহ হায়বনা।
মীৎ, নাকোং, নাতোন, লৈ, উনশা মঙা ইন্দ্রিনি॥
মঙাল আকাশ পৃথ্বী, ঈশিং মুংশিৎ মতেংনা।
খঙবনি উবা, তাবা, মনম, মহাও শোকপা॥
য়েক্রবা ইন্দ্রি মঙাসিনা, লাক্করি জীববু মাঙনবা।
ওরুকশুবদি মননি, লুচিংবা পেন্দ্রবা মৈশুম্বা॥
চিংশিল্লি মখোয়না জীববু, সংসার বিষয়া লাংদা।
নাপ্পোকপা ভমদে জীবনা, মায়া লাংদগী কদৌভৈদা॥
মুংশিৎনা হুম্লবা হিনি, ইন্দ্রিনা পুরবা জীবদি।
লাকশীন্নি মখোয়না, অরাবা সমুদ্র ঈপাক্তা॥
চোংশিল্লী মৈরীদা মৈরাম্বীনা, শিরি মীৎকী অপাম্বনা
থরায় মাঙলী শজিনা, ব্যাধগী মুংশিবা মুর তাবদা।
খোইনা লেংলি ভাবু, লৈনা মহাও পাম্বদগী।
পুগাইরি হয়িংখোই মহুম, লৈহী পাম্বা-পৈশিনবদগী॥
বিজুলীনা চিংলি জীববু, শক্ষমগী উনশাগা।
লাকশীল্লু মনবু, য়েক্রবা নিংথৌ মৈশুম্বা॥
য়েক্রবা পুম্বা মাঙখিনী, লুচিংবা মনবু লাকশিল্লগা।
ফংগনি মুক্তি শান্তি, পরমানন্দগা লোয়নবা॥
ধীঃ হায়বদি বুদ্ধি বিচারনি, অচুম-অরান তাকপা।
অন্তর্যামী ব্রহ্ম স্বরূপ, অফ-ফত্ত পুম্বা তাকপা॥

বুদ্ধিনা পোকই বিচার, বিচারনা জ্ঞান, জ্ঞাননা ব্রহ্ম।
ব্রহ্মদি মঙালনি, অচুম্বা লেঙদ্রবা মাঙদ্রবা ॥
বুদ্ধিনা মহৌশা, জ্ঞান-বিজ্ঞান পাম্বৈনা মীনা।
জয় তৌরি মৈ ঈশিং, নুংশিং পৃথ্বী আকাশ ॥
বুদ্ধিদি ব্রহ্মনি, থম্মোয়দা লৈবা অন্তরসাক্ষীনি।
ফংবনি মানা, ফংঙমদ, য়োঁঙমদ ওইথোক্কবা পূম্বা ॥
বিদ্যাদি মহৈনি, সংসার জ্ঞান পূম্বা তাক্লিবা।
থম্মোয়গী মীংনি, অশেংবা জগত উনবা মুমিৎ মশক ॥
বিদ্যাদি জ্ঞান পোক্লকমনি, বুদ্ধিগী তুংনকম।
থঙঙমদে বিদ্যা নত্তনা, সংসার তশেংবা মশক ॥
অথোইবা লননি বিদ্যাদি, অমাঙ-অতা লৈত্রবা।
পীথোকপ্রগা হেনগৎপা, হুরানবনা হুঙমদ্রবা ॥
লক্ষ্মীগী তুংনফম বিদ্যানি, হীঃ য়াই হৌরকফম।
পূম্নমক্কী ইকাই খুম্নফম, নিংথৌগী ইরাৎনফম ॥
শাগৈ জাত থায়দে, অচৌ পিশক বিদ্যাদা।
পূম্নমক্কী মকোক্নি, দেশ বিদেশকী রায়েনবা ॥
মহৈ হৈত্রবা মীদি, খেন্নদে লমগী শাগা।
থঙদে তশেংবা, অচুম-অরান সংসার মশক ॥
সত্যদি অচুম্বনি, অরেপ্পা ঈশ্বর মশক লেঙদ্রবা।
স্বয়ং ব্রহ্মনি, সাক্ষীস্বরূপ লেঙদ মাঙদ্রবা ॥
অচুম্বনা জয় ওই, অরানবনা মাঙবনি মমৈদা।
অচুম্বনা মুমিৎ মঙালনি, অরানবনা অমম্বা ॥

মাঙখিবগুম অমম্বা জগত পুম্বা, সুমিৎ মঙান্দা ।
মাঙখিনি অরানবা পূম্বা, অচুম্বগী মফমদা ॥
মায়থীখি ধর্মরাজ যম, সত্য হরিশ্চন্দ্র মফমদা ।
শোন্নরি সত্য হরিশ্চন্দ্র, শকুরি ইহলোক পরলোক্রা ॥
হরিনা কনখি অচুম্বা প্রহ্লাদ, অকিবা মৃত্যু কয়াদগী ।
মাঙহনখি হিরণ্যকশীপ, মীনম্বা নাপল চাওবা ॥
লৈত্রবনি অথোইবা তপ, সত্যগা মান্নবা সংসারদা ।
লৈত্রবনি অচৌবা পাপ, মীনম্বগা মান্নবা জগত্তা ॥
লেঙদ্রবা সত্যনি, ইহলোক পরলোক লোয়নবা ।
ফংগনি সত্যনা ব্রহ্মলোক, ব্রহ্মানন্দ লোয়নবা ॥
অক্রোধদি শাওদবনি, মন ইন্দ্রি খুত্নুম চন্দূনা ।
লাকশীনবনি কল্লক য়েংথী পেন্দবা অশাওবা ॥
অশাওবদি মৈরীনি, পূম্নমক লোইনা চাকপা ।
পূম্নমক থোকপনি অশাওবদগী, য়ুম মৈথাবা মীহাৎপা ॥
বন্দগী হৌবা মৈরীনা, চাকপগুম বন পূম্বা ভুম্বা ।
পূম্নমক চাকই লোইনা, মশাগী অশাওবা মৈরীনা ॥
পেন্দবদগী পোকই অশাওবদি, অশাওবদগী মাঙই পূম্নমক ।
অশাওবা মাঙহল্লু পেন্ন হৈবনা, আত্মসংয়ম পাম্বেনা ॥
কৌরবকী ওৎ-নৈবা পূম্বদা, শাওদ্রবা যুধিষ্ঠিরনা ।
শান্তি ফংখি স্বর্গ কাদুনা, শোন্নরি ধর্মরাজ ॥
ভৃগুনা থোঙনা কাওবদা, শাউদ্রবা বিষ্ণুবু ।
ইরাৎখি দেব সত্তানা, কৌনরি জগন্নাথ ॥

তাক্লবনি, সনাতন ধর্মনীতি তরাদো।
অশাওবা থাদোকউ, মন ইন্দ্রি খুদুম চন্থনা ॥
লৈরোই অবা-না অমাওবা, কংনি শাস্তব্রহ্ম।
কংগনি সৎগুরু ঈশ্বর, সদাচার ধর্ম চৎলবদা ॥

৯শুবা আদেশ-বার্তা

## মহাদেবালয়, যোন্দুম

( সদাচার-তত্ত্ব )

### জীবাত্মা

সদাচারী ওইনবা, তাকপিয়ু হৌনলোনচৎ কয়া।
দেশ জাতি সমাজদা, চৎকদবা নীতিশিংদো ॥

### পরমাত্মা

হৌনলোনচৎ কয়া লৈবনি, সমাজদা চৎকদবা।
মীনা লাইনা চানদোবা, নীতিশিংদো হায়গে তাও ॥
ডাওফদে ফনা খওদুনস্থ, লৈনি ভূমিন খওদশা।
ডাওগনি তঙাই ফদ্রগা, দেশ কাল পাত্র য়েংদুনা ॥
হংদনা থক তাকফদে, তাকনি হংলগতা তত্ত্ব।
খুমংদে শেরায়না হংলস্থ, খুম্নি তশেংনা খওনীংলগা ॥
পুন্নমকপু ইকাই খুম্নি, লোয়ননি সৎ ব্যবহার।
ডাওগনি লোল্লুকপা রাথৈ, বুদ্ধি বিচার তৌরগা ॥

ইনগনি য়াথং, ইমা ইপা লাইগুরু অঙম্বগী।
কৎকনি ভক্তি শ্রদ্ধাঞ্জলি, মখোয়' মফমদা ॥
ইমা ইপা গুরুদি, মীৎনা উবা লাইনি তশেংবা।
ইরাৎনি মখোয়বু, ভক্তি শ্রদ্ধানা ফংনি সর্বসিদ্ধি ॥
ইকাই খুম্নি, আচার্য্য পণ্ডিত মশ্রি রায়েনববু।
কৎকনি ভক্তি, মহাত্মা ভক্ত ত্যাগী যোগীবু ॥
তৌগনি সন্মান, বিদ্বান গুরু লেখক কবিবু।
কৎকনি শ্রদ্ধাঞ্জলি, দেশভক্ত শহীদ মফমদা ॥
কাউগনু হরি গুরু, ভাগবত গীতা ধর্মগ্রন্থ।
লৈরোই অপাম্বা, ফংনি শাস্ত্র ব্রহ্মানন্দ নংনা ॥
তৌরুম্নু বিচার নংনা, খৎন-চৈনবা রাথোক্নী।
তৌসন্নু বিচার সভানা, তাসন্নু রারেপ থ্বাইনা ॥
বেরা লাকনি নঙোন্দা, নংনা বিচার তৌরবদি।
ফংলোই শান্তি বেরাদগী, সুঙাইবস্নু লৈররোই ॥
ঙাকপীনি মরাল, সুপী অঙাং অঙাওবগী।
ইনগনি য়াথং, অঙম্বা মত্রি নিংথৌ লৈথাক্নী ॥
হায়গনু কনাগী ফত্তবা, তৌগনু কনাবু নিন্দা।
তৌগনু জীব হিংসা, চীন্না হকচাংনা পুক্নীংনা ॥
ফনবা তৌ মীয়ামগী, তৌনু নশাগী কান্নবা।
লৈরোই অফা-অপূন, ফংনি মুক্তি পরমানন্দ ॥
ভুরেম্না চেল্লি উহৈ য়াল্লি, অতোপ্পগী কান্নবা।
মঙ্গীনা পীরি অমৃত, অতোপ্পগী কান্নবা ॥

মীওইবগী হকচাংসু, লৈরিবনী মীগীদমক্তা।
লৈরিবনী অচৎ-চত্ত-পুস্বসু, অতোপ্পগীদমক্তা॥
লুনা তৌ, নংবু নিন্দা তৌরিবা চৈরিবচুবু।
কোকপীনি নংগী পাপ, ফত্তবা দোষ পূম্বা॥
অন্ন-দানগা মান্নবা, লৈত্রবনি জীবনা পেনবা।
পরোপকারগা মান্নবা, লৈত্রবনি পুণ্য অমা॥
পূম্নমক লোইনা পান্নবদি, ফংলরোই নংনা অমত্তা।
পূম্নমক লোইনা থাদোক্লগা, ফংনি পূম্নমক নংনা॥
লৈগনি মৌন শাস্ত্র, খনগনি জগতকী য়াইফনবা।
লৈয়ু শ্রদ্ধা ভক্তি, দেশ জাতি সমাজদা॥
প্রেম শ্রদ্ধা বিনয়ী, সভ্য জগতকী আত্মানি।
জ্ঞান ভক্তি বৈরাগ্য, পরমাত্মাগী হৃদিনি॥
চমনা পুন্সি লেনগনি, রাখম্না রাংনা খনগনি।
রানা খরত ঙাঙগনি, থবক্লা য়াম্না তৌগনি॥
লুনা তৌ মুপী অঙাং, যণ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবপু।
লাইগুম নীংউ, বেদ শাস্ত্র খঙবা সৎ ব্রাহ্মণবু॥
নিন্দা তৌমু, ইমা ইপা লাইগুরু নিংথৌবু।
ঙাক্কনি দেশ জাতি, সমাজ বেদশাস্ত্র নীতি॥
ইনগনি য়াথং, ইমা ইপা গুরু মন্ত্রি রাম্নেনবগী।
পূজা তৌনি, লাইগুরু সাধু বৈষ্ণব অতিথি॥
মীবু তাথীনা তৌরগা, মীনসু নংবু তাথীনি।
মীবু লুনা তৌরগা, মীনসু নংবু লুনা তৌনি॥

ফনবা তৌ পূন্নমক্কী, অচুম্বা ঙাঙউ মতম পূম্বদা।
লৈরোই অকিবা বন্ধন, ফংনি মুক্তি শান্তি॥
বিদ্যাগা মান্নবা লৈত্রবনি, জ্ঞান-মীৎ অতোপ্পা।
সত্যগা মান্নবা লৈত্রবনি, তপস্যা অথোইবা॥
অপাম্বগা মান্নবা, লৈত্রবনি অৱাবা সংসারদা।
থাদোকপগা মান্নবা, লৈত্রবনি নুঙাইবা জগতা॥
ইমা ইপা গুরুগা মান্নবা, লৈত্রবনি .লাই অমা।
লানবীনি মথোয়না, অকিবা তাইবং ঈপাকসে॥
হুন্দোক্লমনি থৱায়, হকচাং লন পূন্নমক লোইনা।
লোয়ননি সত্য ধর্মত, ইহলোক পরলোক লেঙদনা॥
খনগনি মতম পূম্বদা মীনা করি খনখীনি।
চৎকনি মীয়াম্বা য়ানবা, ফংনি সম্মান শান্তি॥
আত্মানা চিংনবা কর্মদো, তৌফদে কদৌঙৈদা।
আহ্লাদা পেনবা পোকপা, তৌনি কর্ম অদুতা॥
মীগী ফনবা তৌরগা, ফগনি নংগী হান্না।
মীগী মাঙনবা তৌরগা, মাঙগনি নংগী হান্না॥
কনাবু তাথী তাওইমু, য়েংলুমু হম্বনসু।
কনাবু ওৎ-নৈরুমু, হায়রুমু অয়াকপসু॥
নংনা পামদবা থবক্তো, হায়রুগমু মীঙোন্দা।
মীবু ব্যবহার তৌরগা, মীনম্ব তৌনি নংবু॥
জাতি ভেদ সম্প্রদায়, অশেং-অমাং খায়বনা।
মাঙহল্লি জাতিগী একতা, খোঙ খুৎ ককথৎকুম্না॥

মাঙহল্লু ফত্তবা চৎনবী, জাতি ভেদ অশেং-অমাং।
ওইগনি জাতি একতা, শোথরোই সংসার লমজেন্দা॥
নুংশিনা হায়রবদি য়াই, য়ারোইদবা থবকসু মীনা।
য়াগদবা থবকসু য়াদ্রে, হায়রবদি অকনবা অয়াকপা॥
নুংশিনা ভারী কোকিলনা খোংবা, থরায় য়াওনা।
ভাঙ্খোক্লি নৈতৃম্না, কাক্লা খোংবদি নুংশিদবনা॥
অচুম্বা হায়নি নুংশিনা, হায়ফদে অচুম্বসু অয়াকপা।
হায়ফদে নুংশিবসু ওইদবদি, কাউমু সনাতন ধর্মসি॥
মীনম্বা হায়বদি পাপনি, তাথীবনি ঈশ্বরনা।
অচুম্বা হায়বদি পুণ্যনি, পেনবীবনি মপূনা॥
মীনম্বা হায়বসু, জীব অমা কম্নবগীদমক্কা।
পাপ নত্তে, পেনবীনি মপূনা মতুনা হেন্না॥
পূন্নমক্কী ভৌ ফনবা, ওইগনি পূন্নমক নংগী।
সংসার খুত্তুম চনগনি, নৈররোই অয়েৎপা বেরা॥
পূন্নমক ঈশ্বর মচানি, অমত্তনি পূন্নমক্কী আত্মা।
খল্লু, পূন্নমক নংগুম্না, নুংশিয়ু নংগী আত্মাগুম্না॥
ফংগনি শান্তি নির্বাণ, ব্রহ্মানন্দ লোম্ননা।
কাউগন্নু মূল মন্ত্রসে, বিশ্ব শান্তি ফংগনি॥
তাক্লবনী তৌনলোনচৎ, দেশ জাতি সমাজনীতি।
ফংগনি সৎগুরু ঈশ্বর, পূন্নমকসি চৎলবদা॥

১০ শুবা আদেশ-বার্তা

কামাখ্যাশ্রম, ঙিয়াংখোং

জ্যেষ্ট পূর্ণিমা শুক্রবাব তাং ২৫ । ৬ । ৬৪ ইং

( যোগ সাধনা )

জীবাত্মা

কনানা ঈশ্বর ফংবগে, তাকপিয়ু তেংবানবা মপুনা।
হীংচাবা লীচৎনা ফংবরা, ফংবরা লাই লীচৎনা॥

পরমাত্মা

ফংবা ঙমদে ঈশ্বর, হীংচাবা' লীচৎনা কদৌঙৈদা।
ফংবা ঙমই ঈশ্বর, লাই লীচৎনা শোয়দনমক॥

জীবাত্মা

লাই লীচং কমদৌই, মতৌ করম তৌবগে।
করি শাজং চংপগে, মতৌ কবম্না খঙগনি॥

পরমাত্মা

কিদবা থম্মোয় শেংবা, অরেপ্পা জ্ঞান লৈবা।
দান যজ্ঞ তপ দম, অধ্যয়ন সরলতা অহিংসা॥
সত্যম অক্রোধ ত্যাগ, শান্তি দয়া চিরোল তৌদবা।
জীবদা এগী লৈতবা, পুকচেল তিংবা পুক্রীং লোঙদবা॥
তেজ ক্ষমা ধৃতি, শৌচ য়েংথীদবা নাপল তৌদবা।
লাই লীচৎনি খঙউ, তাক্লবনি ভগবান্না গীতাদা॥

জীবাত্মা

করম্না ফংবগে ঈশ্বর, লাই লীচৎনা তাকপিয়ু।
হায়বিয়ু প্রভু, করি উপায়না ফংবগে মানা॥

## পরমাত্মা

লাই লীচৎনা ওৎ নৈদে জীববু, ফনবা তৌই পুন্নমক্কী
ঈশ্বরনা পেনবী মখোয়বু, সৎকর্ম কয়া তৌবনা ॥
মখোয়না থাজৈ ঈশ্বরবু, তত্তনা নীংই ফংনবা।
মখোয়না ফংই ঈশ্বর, যোগ সাধনা ধ্যান্না ॥
স্তুতি নিবেদন প্রেম, ভক্তি শ্রদ্ধা সেবা।
পূজা পাঠ সমর্পণ, বৈরাগ্য সন্ন্যাস মতেংনা ॥

## জীবাত্মা

দান যজ্ঞ তপ, কদায়বু কৌবগে প্রভু।
হায়বিয়ু তোঙান তোঙান, মখোয়গী গুণ ॥

## পরমাত্মা

ঙমজবা খর পীবনি, দানদি মফম চাবদা।
শ্রদ্ধাগা লোয়ননা কৎপনী, জীবনা পেন্ননবা ॥
তেংবানবা মপূনা পেনবী, জীবনা পেল্লগা।
অন্ন-দানগা মান্নবা, নৈত্রবনী জীবনা পেনবা ॥
অপাম্বা কৎলদি, নৈত-লাইর ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবতা।
জীবাত্মানা পেল্লী, মপুনা পেনবী লেপ্পমক ॥
দাতা কর্ণনা কৎখি, মচাবু অতিথি পেন্নবা।
শোন্নরি মরোল অহুম্না, মাগী মিংচৎ মিংখৈ ॥
যজ্ঞদি ইরাৎ পূজা তৌবনী, মপূনা পেনবীনবা।
চেং থোইদিং কত্তুনা, মৈদা নৈবেদ্য লোয়ননা ॥

মৈদি ব্রহ্মনি, শ্রীবিষ্ণু নারায়ণগী মুখনি শেংলবা।
বিষ্ণু মুখদা কৎপনি, মৈদা হোম তৌবদি॥
ব্রহ্মানা হায়খি, যজ্ঞগা লোয়ননা প্রজা শেম্লগা।
যজ্ঞনা য়াইফনি মীওইবগী, ফংগনি অপাম্বা পূম্বা॥
লাইগী ফনি যজ্ঞনা, লাইনা তৌনি মীগী ফনবা।
য়াইফনি মী লাই অনিমক, অমনা অমগী তেংবাংদুনা॥
জীবদি পোকই চিঙাক্তগী, চিঙাক্তি পোকই নোংদগী।
নোংদি পোকপনি যজ্ঞদগী, যজ্ঞ পোকই কর্মদগী॥
কর্মদি পোকই ব্রহ্মদগী, ব্রহ্মদি পোকই মাঙদ্রবদগী।
অদুনা শীনথুংনা লৈবা ব্রহ্মদি, লৈবনি যজ্ঞদা লেঙদনা॥
যজ্ঞনি মী লাই জীবগী, ফনবা তৌবা কর্ম পুম্নমকসু।
পূজা পাঠ শ্রবণ কীর্ত্তন যজ্ঞনি দান সেবাসু॥
অন্ন-দান ভূদানদি মহাযজ্ঞনী, ফংবনি পরমগতি।
আত্মশুদ্ধি ওই যজ্ঞনা, পেনবী তেংবানবা মপুনা॥
যজ্ঞ মখল মঙানি, মীওইবগী তঙাই ফদ্রবা।
মনু তাইবংগী য়াইফবা, তেংবানবা মপুনা পেনবীবা॥
পিতৃ-যজ্ঞ ঋষি-যজ্ঞ, দেব-যজ্ঞ ভূত-যজ্ঞ অতিথি-যজ্ঞ।
লমন্নি মখোয়সি মীওইবগী, পোক্লিবা সংসারদা॥
তপ হায়বদি লাইনীংবনি, অথোইববু থিবনি মীনা।
ফংদ্রিববু তানবনি, অরা-না খাঙদুনা ফংদ্রিফাওবা॥
অথোইবা মপূ ফংঙমদে, তপ নত্তুনা মীওইবনা।
তপ তৌখি ব্রহ্মানা, মাবু ফংনবা যুগ কয়া॥

ব্রাহ্মণ ওইখি, বিশ্বামিত্র নিংথৌন। তপস্যাতনা।
তপসীনা ফংই লায়না, য়ৌঙমন্দ্র ফংঙমন্দ্রবা পুম্বা :

### ১১শুবা আদেশ বার্তা
### কামাখ্যাশ্রম হিয়াংথাং
### ( যোগ সাধনা ২ )

**জীবাত্মা**

ত্যাগ কদাইবু কৌবগে, সন্ন্যাসনা করিনো। :
কর্মদৌবগে বৈরাগ্যনা, তাকপিয়ু খেন্নবা ।।

**পরমাত্মা**

অপাম্বা কর্মশিং থাদোকপদো, কৌবনি সন্ন্যাস
কর্ম ফল পুম্বা থাদোকপনা ত্যাগীনি খঙউ ।;
সংসার বিষয়া পামদবনা, বৈরাগ্যনি খঙগনি।
অমত্তনি ত্যাগ সন্ন্যাস বৈরাগ্য খুবাক খুনম ।।
কর্ম ফল পামদনা, মথৌ তৌরিব্রুস্ত সন্ন্যাসনি।
ত্যাগীস্ত মানি যোগীস্ত, নত্তে যজ্ঞ কর্ম তৌদ্রগভা ।।
বিষয়ানা চিংশীন্নি লাংদা, বিজুল্লীশুমনা শোকপদা
থাদোকই বিষয়া সন্ন্যাসীনা, লাংদগী নাঙ্গোক্রবা ।।
গৌতম্মা ফংখি ব্রহ্মনির্বাণ, সন্ন্যাসকী মতেংনা।
ত্যাগীস্থ ফংই নির্বাণ, নিষ্কাম কর্ম তৌদুনা ।।
ত্যাগীদি ফল থাদোকপনি, নত্তে কর্ম থাদোকপনা।
পুনবা নত্তে কর্মনা পুনর্জনি মহম্ম পাম্বনা ।।

নিষ্কাম কর্ম সেবানি, ত্যাগকী উদ্দেশ্যদি।
পাপনা শোক্কে নিষ্কাম কর্মীবু, থম্লাগুম ঈশিংনা॥
ওইবা য়াদে ত্যাগী সন্ন্যাস, বৈরাগ্য নত্তনা।
বৈরাগ্যনা সন্ন্যাস পোকই, সন্ন্যাসনা ত্যাগ॥
পুন্দে পাপ মায়ানা, বৈরাগ্য ত্যাগী সন্ন্যাসীবু।
নিষ্কাম কর্ম তৌরি, মুমিৎ থা পৃথ্বীনা তত্তনা॥
তৌরি নিষ্কাম কর্ম, জগত মপূস্থ অরাৎপা লৈত্রবনা।
নিষ্কাম কর্ম তৌ তাইবং, ফংনি নির্বাণ ব্রহ্ম॥
তৌখি নিষ্কাম কর্ম, যিশু রাম কৃষ্ণ ভগবান্না।
ইরাৎলী মরোল অহুম্না, শ্রদ্ধা ভক্তি কত্তূনা॥
থাদোকখি রাজ ভোগ, ত্যাগী ভরতনা ফংঙমদ্রবা।
শোন্নরি স্বর্গ মর্ত দেব সভানা, মাগী মিংথৈ॥
নারদনা য়ৌখি মরোল অহুম, য়ৌনীংবা মতমদা।
বৈরাগ্য সন্ন্যাসনা, ঊনখি বৈকুণ্ঠ নাথ তত্তনা॥
জড় ভরতস্থ ফংখি, নির্বাণ ব্রহ্মানন্দ তশেংনা।
বৈরাগ্য সন্ন্যাসকী মতেং, আত্মসংয়ম পাম্বেনা॥

## জীবাত্মা

যোগ হায়বসি করিনো, সাধনানা কদাইনো।
তাকপিয়ু মপূনা, মখোয়গী কান্নবা গুণদো॥

## পরমাত্মা

যোগ হায়বদি তিন্নবনি, অমগা অতোপ্পগা।
আধ্যাত্মিক যোগদি, তিন্নবনি জীবাত্মা পরমাত্মা॥

তৌদোবা মথৌ তৌরিবদো, কর্ম ফল পামদনা।
সন্ন্যাসীনি যোগীসু মানি, নত্তে যজ্ঞ কর্ম তৌদ্রগা॥
যোগদি লম্বী উপায় সাধম্নি, ব্রহ্মনির্বাণ ফংনবা।
মন আত্মা লাকশীন্দুনা, থম্বনি ব্রহ্মদা লেঙদনা॥
সাধনাদি হোংনবনি, হন্ন-হন্না যোগ ফংনবা।
যোগ সিদ্ধি ওইদে, সাধনা নত্তনা কদৌডৈদা॥
সাধনাদি যূম্ফম্নি, আত্মসংয়ম যোগগী।
সাধনানা ফংই, ফংঙমদ্রবা কয়া ইলায় লায়না॥
অমত্তনি ব্রহ্ম ফংনবা, যোগ আত্মসংয়ম।
তোঙানবনি মমিংত, খুবাক খুৎনম অমত্তদা॥
আত্মসংয়মদি যূম্ফম্নি, যোগ সাধনা তপস্বী।
সংয়ম্না পোকই যোগ, যোগনা ফংই ব্রহ্মানন্দ॥
সন্ন্যাস হায়রিবদো, খঙউ যোগীনি হায়না।
ওইঙমদে যোগী কনাসু, অপাম্বা থাদোক্তনা সংসারদা॥
যোগ ফংনবা লম্বীদি, কারণনি নিষ্কাম কর্মনা।
যোগদা লেপ্লবগীনা, হেতুনি পূক্নীং লাকশিনবনা॥
ইন্দ্রিয় ভোগ পামদ্রবা, কর্মবুসু পামদ্রবা মীদো।
খঙগনি যোগদা লেপ্লে, আশা পূম্বা থাদোক্লবদা॥
অঙৈং-অশা, অয়া-সুঙাই, মান-অপমান উরবা অমত্তা।
আত্মা খুত্তুম চল্লবা, চিত্ত-শান্ত ওইবনা ফংই পরমাত্মা॥
জ্ঞাণ বিজ্ঞান্দা পেল্লবা, ইন্দ্রি খুত্তুম চল্লবদা।
যোগীনি, লৈতূম নুংত্তুম সনা উবদো মায়না॥

লাকশীল্লবা চিন্তনা, পরমাত্মাদা লৈরবা লেঙদনা।
হায়নৈ যোগী তশেংবা, অপাম্বা লৈত্রবদা ॥
জীব পূম্বা উরবা, মশাগুম চপ মান্ননা।
যোগীনি অথোইবা, অরা-মুডাই উরবা পূন্নমক্তা ॥
অরা-মুডাই মান্নরবা, ঐগী মীগী মাঙবা তোংবা।
মীবু মশাগুম উবা, অমত্ত উরবা অচৌ পিশক ॥
কৌবনি সমত্ত যোগ, আত্মা পরমাত্মা মান্নরবা।
ওইয়ু সমত্ত যোগী, ফংগনি পরমানন্দ ব্রহ্ম ॥
তপস্বীদগী হেল্লি যোগীনা, শাস্ত্রজ্ঞান লৈবদগীসু।
নিষ্কাম কর্মীদগীসু হেল্লি, ওইয়ু যোগী অতুনা ॥
যোগী পূম্বদগীসু, ঐঙোন্দা আত্মা থম্বা শ্রদ্ধাগা।
তত্তনা ঐবু শোল্লিবদো, অথোইবনি থল্লি ঐনা ॥

১২শুবা আদেশ-বার্তা

## কৈলাস, বারুণী

( ধ্যান ভক্তি শ্রদ্ধা )

### জীবাত্মা

ধ্যান কদায়বু কৌবগে, ধারনানা করিনো প্রভু।
কমদৌবগে স্তুতিনা, নিবেদন্না কদাইনো তাকপীয়ু ॥

### পরমাত্মা

ধ্যানদি নীংশিংবনি, ঈশ্বর মুর্ত্তি লেপ্তুনা থম্মোয়দা।
চুহী ধারাগুম তত্তনা, মাবু খনবনী ফংনবা ॥

ধারনাদি হৈনবীনি মহৌশা, থম্বনি পূক্লীং অমত্তদা।
ধ্যান ধারনা অমত্তনি, থম্বনি পূক্লীং কেন্দ্রদা॥
ধারনানা খণ্ডনৈ, অচেৎপা বুদ্ধি নীংশিংবস্তু।
ধ্যান ধারনা হায়বদি, চেৎনা খনবা নীংবনী॥
তত্তনা ধ্যান তৌরিবা, ওইবনি পোৎকী শক্তম।
মিনা ওম্লি উচিখোই, খনবদগী মাবুঙা॥
আত্মদর্শী ভরতস্তু, ওইখি শক্তি খনবদগী মাবুঙা।
পূক্লীংগী মণ্ডংস্তু ওইবনি, উরিবা পোৎকী শক্তম॥
মণ্ডং নাইদবা ঈশিংনা, ওইবগুম পাত্রগী মণ্ডং।
তত্তনা ঈশ্বর ধ্যান তৌরগা, ওইবনি ঈশ্বর শক্তম॥
ঈশ্বর ফংলি তশেংনা, যোগী ঋষি মুনিনা।
ধ্যান্দা লূপ্তুনা, যোগ সাধনা পাম্বৈনা তত্তনা॥
স্তুতিদি খুরুম্বনি, তেংবানবা মপু ঈশ্বরবু শ্রদ্ধানা।
কায়জবনি নোম্লক্লা, মাগী খুয়াদা চঙক্তুনা॥
শ্রদ্ধা ভক্তি প্রেম উত্তুনা, মপু মাগী মফমদা।
হায়জবনি খূৎ লোম্নতুনা, পেনবীনবা মঙাক্লা॥
মাগুদা নত্রগা চরন্দা, কোক নোন্দুনা খুরুম্বনি।
দণ্ডবৎ তৌদুনা, নত্রগা খুরুম্বদক কূন্দুনা॥
স্তুতি তৌরগা, পিতৃ মাতৃ ইষ্ট গুরু দেবতা।
ফংগনি সর্ব কামসিদ্ধি, পেনবীনি মপুনা॥
ভক্ত প্রহ্লাদনা থেংনখি, শ্রীহরি বিষ্ণু শংশংনা।
ফংখি লেঙদ মাঙদ্রবা খুবমদো, ধ্যানস্তুতি পাম্বৈনা॥

নিবেদনদি হায়জবনি, ইষ্ট গুরু দেবতাদা।
নিজবনি মপূগী খুয়াদা, চানবীনবা মহাত্মা॥
প্রার্থনা তৌবনি, ঈশ্বর খুম্মাখাদ্দা থম্বীনবা।
হায়জবনি ননাই ওইজগে, মপোক খুদিংদা॥
ভক্তনা হায়জবা নিজবদু, পীবি ঈশ্বরনা লেপনা।
ব্রজ গোপীশিংগী হায়জবা, পীনবিখী শ্রীকৃষ্ণনা॥

শ্রদ্ধা হায়বসি করিনো, কমদৌবগে ভক্তিনা প্রভু।
প্রেম হায়বনা কদাইনো, তাকপিয়ু মখোয়গী খেন্নবা॥

## পরমাত্মা

শ্রদ্ধাদি থাজবা পাম্বনি, থব্রায় হকচাং য়াওনা।
ভক্তিগী যুম্ফম্নি লেংদ্রেবা, তেংবানবা মপু ফংনবা॥
ভক্তি পোক্তে শ্রদ্ধা লৈতনা, মীওইবদা কদৌদৈদা।
তেংবানবা মপু ফংগমদে, ভক্তি নত্তনা কদৌদৈদা॥
ফংবা ঙমদে অথোইবা, শ্রদ্ধা য়াওদনা অমত্তা।
অমত্তনি মরী, শ্রদ্ধা ভক্তি প্রেম ঈশ্বর ফংনবা॥
ভক্তিদি খুরুম্বনি, ইষ্ট গুরুবু ব্যবহার তৌনা।
থব্রায় হকচাং য়াওনা, নুংশিবা উত্তুনা শ্রদ্ধাগা॥
থাজবা নুংশিবা উত্তুনা, থম্মোয় কৎপনি মপুদা।
অমত্তা ঙায়রবা উপাইনি, ভক্তিদি ঈশ্বর ফংনবা॥
ভক্তশিংনা ফংই ঈশ্বর, ভক্তি পাম্বৈনা তশেংনা।
ভক্তগী মখা পোল্লি, তেংবানবা মপুদি মহৌশা॥

পুক্নীং লোঙদনা, শ্রদ্ধাগা লোয়ননা অতংপা লৈতনা।
তেংবানবা মপূ্ শোগ্নি নীংলিবদো, ভক্তনি অথোইবা॥
ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশীল্লবা, পূম্নমকপূ্ মাম্নবা উরবনা।
ফোংদোক্কবা মাঙদ্রবা, মন বুদ্ধিদগী তোঙাল্লবা॥
মক্কম থূদিং শীন্না লৈবা, লেঙদ্রবা নিরাকার ব্রহ্মবু।
শোগ্নিবা পূম্নমক্কী ফনবা খনবনা, ফংই পরমেশ্বর॥
কর্ম পূম্বা ঈশ্বরদা কত্তূনা, মপু মাবু নীংজরবা।
লেঙদ্রবা ভক্তি যোগনা, ধ্যান তৌদুনা শোগ্নিবা॥
ঈশ্বরদা পূক্নীং থম্লবা, প্রেমী ভক্তবু থুনমক।
লাম্থোকপী ঈশ্বরনা, মৃত-সংসার সমুদ্রবু॥
অসুম্না ঈশ্বরদা থম্লবা, মন বুদ্ধি লেঙদনা।
শোয়দনা ফংই ঈশ্বর, চিংনবা লৈতনা ভক্তনা॥
প্রেমদি মুংশিবনি জীববু, থম্মোয় চিংশিন্দুনা।
মায়াগী থৌরীনি, পুন্নবা জীববু কল্লবা॥
পুল্লিবনি প্রেম থৌরীনা, জগত জীব পুম্বসে।
প্রেম লৈত্রবা মীদি, মূর্ত্তিগুম্বনি উকংগী॥
প্রেম মখল কয়ানি, পিতৃ-মাতৃ-প্রেম মিত্র-প্রেম।
বৎসল-প্রেম, সংসারিক-প্রেম সমাজ-প্রেম॥
রাষ্ট্র-প্রেম জাতীয়-প্রেম, বিশ্ব-প্রেম অসিনচিংবা।
প্রেমতনা পুল্লিবনী, সংসার পুম্বা মহৈ মহৈ॥
জগত জীব পুম্বা, হিংলিবনী বৎসল-প্রেমতনা।
শাহীং চাবা জীবসু, য়োক্লী বৎসল-প্রেমনা॥

শ্রীকৃষ্ণবু পুন্ত্রী, গোপীশিংগী রতি-প্রেমতনা ।
কখোকখী পুন্সি, সীতা সাবিত্রীনা পতি-প্রেমদা ।
আত্মসমর্পণ তৌরী, মৈমুংদা সতী কয়া পতি-প্রেমদা ।
ভরতনা কখোকখি পুন্নমক, ভাতৃ-প্রেম সেবাদা ॥
লোয়ননা চংমিন্নৈ, শ্রদ্ধা ভক্তি প্রেম তত্তনা ।
শ্রদ্ধানা পোকই ভক্তি, ভক্তিনা পোকই প্রেম ॥
শ্রীহরি ফংখি তপেংনা, ভক্ত প্রহ্লাদ ধ্রুবনা ।
পুন্নমক্কী মপূ লেঙদ্রবা, শ্রদ্ধা ভক্তি প্রেমতনা ॥
ফংখি পরমগতি, হন্নকপা নাইদ্রবা মাঙদ্রবা ।
লৈরী লৈরনী, বৈকুণ্ঠলোক্তা লেঙদনা তত্তনা ॥

১৩শুবা আদেশ-বার্তা

## কৈলাস, বারুণী

( সেবা সমর্পণ )

### জীবাত্মা

সেবা হায়বনা করিনো, কমদৌবগে পুজানা প্রভু ।
সমর্পণ্না কদাইনো, হায়বিয়ু মখোয়গী খেন্নবা ॥

### পরমাত্মা

সেবা হায়বসি মুংঙাইনবা তৌবনি, ইথক থোংবা ।
ইমা ইপা লাইগুরু, সাধু বৈষ্ণবকী পেনবীনবা ॥
সেবানি অঙম্বা তেংবাংঙুনা, তৌবশু জীবগী ফনবা ।
সহযোক পীবনি অপাম্বদা, জীবাত্মা পেন্নবদমক্তা ॥

তেংবাংবনি চীন্না লন্না, পূন্নীং হকচাংনা জীব' ফনবা।
মপুনা পেনবী, অশোন-অনা ষণ-ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব-গুরু সেবাদা
থাযদে প্রজা সমাজ রাষ্ট্র জাতি বিশ্ব সেবা।
পেনবী জীবাত্মা পরমাত্মানা, জীব সেবা তৌবদা॥
সিদামগী খোঙ নোইখি, কৃষ্ণনা অতিথি সেবাদা।
অথোইবনি অতিথি সেবানা, ভগবান্না য়ান্না পান্বা॥
লাক্লিবা অতিথি পূন্নমক্কী, পাণ্ডবকী রাজসূয় যজ্ঞদা।
খোঙহান্দম থবক তৌখি, জগত মপূ কৃষ্ণ ভগবান্না॥
আত্মসমর্পণ তৌরি, মহাত্মা শহীদনা দেশ সেবাদা।
কংখি য়াংলেন শরু, দধীচিনা দেবসভা কন্নবা॥
অমর থুবম ফংই, দেশ সেবক শহীদশিংনা।
ইরাৎনৈ মখোয়বু, মীরমলেন লাইরমলেন্না তঙনা॥
পূজাদি ইরাৎপনি, ইষ্ট দেবতা শ্রদ্ধা ভক্তিনা।
ধূপ দ্বীপ নৈবেদ্য, হৈরুক পানা চন্দন কন্তুনা॥
সূর্য্য পূজা সনী পূজা, নারাণ পূজা অসিনচিংবা।
পূজা তৌরগা, অপান্বা পীবি ঈশ্বরনা মীওইবদা॥
পূজাদগী পেনবী তেংবান্বা মপুনা, ফনবা শিনবী মানা।
পূজাদগী যজ্ঞ ওই, যজ্ঞদগী ফংই পরমানন্দ ব্রহ্ম॥
সমর্পণদি কথোকপনী, থরায় হকচাং পুন্বা মপূদা।
লৈরিবা পূন্বা মপুগীনি, শিন্নবনি মপুদা হন্না॥
মৈ ঈশিং নুংশিৎ, পৃথ্বী আকাশ, নুমিৎ থা।
গ্রহ নক্ষত্র অচৎ-চত্ত, পুন্নমক শেম্বনি মানা॥

থরায় হকচাং লন, মাগীনি পূম্নমক লৈরিবা।
পূম্নমক লোইনা শিন্নথোক্লগা মপূ' মফমদা॥
মপূ মানা পেনবী, মরনবু হন্না কথোক্লগা।
কোকপীনি অরা-না পূম্বা, সংসার চক্রদগী মানা॥
আত্মসমর্পণ নত্তনা, পেনবীদে ভগবান্না খক।
আত্মসমর্পণ তৌরি, শহীদশিংনা রাষ্ট্র সেবাদা॥
শ্রীকৃষ্ণ ফংখি ব্রজ গোপীশিংনা, আত্মসমর্পন্না।
যোগী ঋষিনা ফংঙমদ্রবা, পরং ব্রহ্ম অবতার॥
আত্মসমর্পণ তৌখি, সিতা সাবিত্রীনা পতি সেবাদা।
আত্মসমর্পণ তৌখি, মৈনুংদা সতী কয়াস্ত পতি সেবাদা॥
আত্মসমর্পণ তৌখি, হনুমান্না থবাক শেগায়দুনা।
সীতা রামনা পেন্নবা, কৌনরি ভক্তশিরোমণি॥
ভক্ত প্রহ্লাদ ধ্রুবনা, ফংখি শ্রীহরি নারায়ণ।
শ্রদ্ধা ভক্তি সমর্পন্না, লেঙদনা লৈরি বৈকুণ্ঠদা॥
আত্মসমর্পণ তৌবদো, ইষ্ট রাষ্ট্র সেবাগীদমক্তা।
মাঙদ্রবা থূবম ফংদুনা, বৈকুণ্ঠদা লৈ লেঙদনা॥
শোয়রি জগতনা, মখোয়গী মিংথৈ মতম পূম্বদা।
ইরাংথৈ মীরমলেন লাইরমলেম্না, লোম্বা নাইদনা॥
তাক্লবনী লাইগী লীচৎ, ঈশ্বর ফংনবা লম্বীদো।
তাক্লবনী তৌগদৌবা ধর্ম, হায়ব্রে হৌন-লোনচৎস্তু॥
তাকব্রে হিংচাবগী লীচৎনা, অরা-অনা ফংবস্তু।
গুণ অহুমগী মতুং ইন্না, হায়ব্রে অফ-ফত্ত মপোকস্তু॥

ধর্ম শাস্ত্র নীতি পূম্বসি, তারগা খণ্ডলগা খল্লগা।
থিরো চৎলো ঈশ্বর ফংনবা, ফংনি মাবু শোয়দনা॥

১৪শুবা আদেশ-বার্তা

অবতারধাম-কায়না

**শ্রীকৃষ্ণ জন্মাষ্টমী দিবস রবিবার**

( ঈশ্বর-তত্ত্ব )

**জীবাত্মা**

ঈশ্বর লৈদি হায়নরী, উবদি ফংদে কনানা।
ঈশ্বর লৈব্রা লৈতব্রা, কোকহনবিয়ু চিংনবা॥

**পরমাত্মা**

মফম খুদিং ঈশ্বর লৈবনি, শীন থুংনা লেঙদনা।
লৈতবা লৈতে মানা জগত্তা, মতম পূম্নমক্তা॥
পূম্নমক মানা শেম্বনী, লৌশিনবনি পূম্নমক মানা।
পূম্নমক্কী মমা মপানী, পূম্নমক য়োকপনি মানা॥
পূম্নমক মঙোন্দ' থোরকই, পূম্নমক তিনবনি মঙোন্দা।
পূম্নমক্কী মাঙদা মাত লৈ, পূম্নমক্কী ভুংদস্থ মাতনী॥
পূম্নমক্কী মরক্তস্থ মা লৈ, নাইদবনি অহৌবা অরোইবা।
পূম্নমক্কী হৌরকফম চঙকম্নী, লেঙদ্রবা মাঙদ্রবা॥
নিরাকারস্থ ওইবনী, সাকারস্থ ওইবনি মহাক্কা।
ফোংদোক্তনা লৈবনী, ফোংদোকস্থ লৈবনি মানা॥

## — বিশ্ব-শান্তি ( ঈশ্বর-তত্ত্ব )

লৈবনি খ্বাইদগী লাপনা, লৈবনি খ্বাইদগীসু নক্পা।
পূন্নমক মানা তৌবনী, তৌদবনি অমতসু মানা ॥
ইন্দ্রি পূন্নমক লৈবনী, লৈতবনি ইন্দ্রি অমতা।
পাপনা শোক্তে মাবু, পূন্নমক মানা তৌনা তৌনা ॥
অচৎ-চপ্ত অনন্ত ব্রহ্মাণ্ডদা, লৈবনি মনুং মপান্দা।
জীব পূম্বগী থম্মোয়দসু, লৈবনি ঈশ্বর লেঙদনা ॥
য়ুম ফি চফু লৈতবগুম, অশাবা য়াওদনা সংসারদা।
পঞ্চ ভূত নুমিৎ থা, গ্রহ নক্ষত্র, করম্না লৈনি মা লৈতনা ॥
মৈ ঈশিং নুংশিৎ আকাশ জয় তৌরিবা মীওইবনা।
ঈশ্বর লৈবনা নত্রা, মীগী থম্মোয়না জ্ঞান ওইনা ॥
খঙলি ককচেং খোইনা, মীনা উদ খঙদবা অথুম্বা।
পাঙথোক্লি চুম খৈরোইনা, মীনা ঙমদ্রবা থবক কয়া ॥
ঈশ্বর লৈবনা নত্রা, জীব পূন্নমক্কী মশাদা।
জীবনা উরি তারি, লেঙলি চৎলিবনী মা লৈবনা ॥
নুংশিংনা তত্তনা শিংৎলিবা, নুমিৎনা ঙাল্লিবা।
ঋতু নাইরিবা, সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় নত্রা মাতনা ॥
লৈবনি ঈশ্বর মফম খুদিং, মতম পূন্নমক্তা।
চঙজরো মাগী খুয়াদা, লানবীনি ভবসাগর মানা ॥
পূন্নমক্কী চঙফম তুংফল্লি, ঈশ্বরদি ঙাকপী কনবীবা।
থৌজানগী শক্তম্নি, ঈশ্বরদি নুংশিবগী মূর্ত্তিনী ॥
চানবীহৈবা ঈশ্বরনি, কনবীহৈবা জগত মপুনী।
পীনহৈবা দাতানি, শেম্বী শাবিবা মপু ঈশ্বরনী ॥

পূন্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবনি, অন্তর্য্যামী সাক্ষীনি।
পূন্নমক্কী লমজীং গুরুনি, জ্ঞান মঙাল মশক্তি॥
লেংহন চৎহল্লিবা জীব পূন্বা, জীবাত্মা ওইনা মহাক্কা।
সারথীনা রথ থৌবগুম, পুবনি পুনীংবা মফমদা॥
জীবশিং চত্তে মা য়াওদনা, সারথী য়াওদ্রবা রথগুম্না।
মেরুদণ্ডনি ঈশ্বরদি, চাকাগুম জীবশিং চৎহন্নবা॥
কাল চক্রনি ঈশ্বরদি, অচৎ-চত্ত পুন্নমক লৈহল্লীবা।
পূন্নমক মঙোন্দগী থোকপনি, পূন্নমক তিনবনী মঙোন্দা॥
পূন্নমক মানা শেম্বনি, পূন্নমক মাগী লীলানি।
পূন্নমক্তা মা লৈবনি, আকাশকুম শীন থুংনা॥
উবা ঙাবা খঙবা চৎপনি, জীবনা ঈশ্বর লৈবনা মশাদা।
লৈবনি ঈশ্বর মফম খুদিং, নূংদা মৈগুম থুপ্তুনা॥

১৫শুবা আদেশ-বার্ত্তা

## গোবিন্দালয়-রাজবাড়ী

অক্ষয় তৃতীয়া শুক্রবার, তাং ১২।৫।১৯৬৭ ইং

( বিভূতি দর্শণ-১ )

### জীবাত্মা

করম্না লৈবগে ঈশ্বর, মফম খুদিং শীন-থুংনা।
তাকপিয়ু প্রভূ, কোকহনবিয়ু জীবগী চিংনবা॥

## পরমাত্মা

কিগী মশা পুম্বদা, লংতনা কুপ্পগুম মহৌশা।
মানা শেম্বা মক্ষম খুদিং, লৈবনি শীন খুংনা মানা॥
চফূগী মশা পুম্বদা, লৈবগুম লৈপাকঙাক্কা।
লৈবনি ঈশ্বর মক্ষম খুদিং, লেঙদনা তক্তনা॥
আকাশনা কুপ্তুনা লৈবগুম, মক্ষম খুদিং শীন্না।
লৈবনি ঈশ্বর মক্ষম খুদিং, নুংদা মৈগুম খুপ্তুনা॥

## জীবাত্মা

পুম্নমক মানা শেম্নগা, করম্না লৌশীন্নি অমুক মানা।
করম্না মঙোন্দগী থোক্লগা, করম্না তিন্নি মঙোন্দা।
করম্না লৈ মানা, পুম্নমক্কী মাঙ-তুং ময়ায়দা।
কোকহনবিয়ু ননাইগী চিংনবসি বৈকুণ্ঠনাথনা॥

## পরমাত্মা

মিরাংনা লাং শারগা, মপুক্তগী লং পুথোক্তুনা।
য়োৎশীনবগুম অমুক হম্না, লৌশীন্নিংবা মতমদা॥
পুথোকপনি পুম্নমক মানা, সৃষ্টি মতম লাকপদা।
লৌশীনবনি পুম্নমক মানা, অমুক হম্না, প্রলয় মতমদা॥
চফূগী মমাঙদা লৈরমই, লৈপাক হান্নবা।
চফূগী মরক্তসু লৈবনি, লৈপাকঙাক্কা॥
লৈহৌ'গুম লৈপাকঙাক্কা, কায়থবসু চফূনা।
লৈবনি ঈশ্বরতমক, পুম্নমক্কী মাঙ-তুং ময়ায়দা॥
ঈশিংদগী থোকপা কোঙ্গোম্না, তিনবগুম ঈশিংদা।
তিনবনী মঙোন্দা, মঙোন্দগী থোক্লিবা পুম্বা॥

## জীবাত্মা

সাকার করন্না ওইরিবা, নিরাকারস্তু ওইরগা।
কদৌৈঙ ফোঙই করন্না, হক্তিনখি অমুক করন্না॥

## পরমাত্মা

মওং মচু নাইদবা, মহৌশা ওইবা ঈশিংনা।
ওইবগুম মওং মচু, পাত্র পাত্র মতুংইন্না॥
লৈচীন লীক্লা নোংলেন, ওইবগুম ঈশিংতনা।
ফোংদোকই শক্তম কয়া, মতম মতমদা ঈশ্বরনা॥
মতমগী শক্তম লৌরগা, হক্তিনবগুম লীলা লোইরগা।
সৃষ্টি মতমদা ফোংদোক্লগা, হক্তিনখি প্রলয়দা ঈশ্বরনা॥
ধর্মনা মরাই চাইথ্রকপা, অধর্মনা হেনগৎলকপদা।
অবতার তৌই সাধুশিংবু কন্নবা, পাপীশিং মাঙহন্নবা॥
সাকার রূপনি মাগী, সৃষ্টি স্থিতি অবতার শক্তম্না।
নিরাকারনি মাগী, পুন্নমক্কা পোরননা থুপগ্রবদা॥

## জীবাত্মা

পুন্নমক মানা তৌরগা, অমত্তা তৌদে করন্না।
পাপ পক্তে কয়ন্না, পুন্নমক মানা তৌরগা॥

## পরমাত্মা

পক্ত-চোক্তগুম আকাশপু, আকাশতা পাইবা নোং মপৈনা।
চোক্তবগুম থন্নাবু, থন্নাদা হাপ্পা ঈশিংনা॥
পাপ চঙদে ঈশ্বরদা, লৈরবস্তু পুন্নমক তৌদ্রুনা।
মতম মতম মতুং ইন্না, নিষ্কাম কর্ম তৌবনা॥

তত্তুনা শীংলিবা নুংশিংনা, মক্কম খুদিং শীন থুংনা ।
অফা-অপুন লৈতবগুম, নিষ্কাম কর্মী ওইবনা ॥
মতম মতম য়েংডুনা, পুন্নমক্কী ফনবতা তৌবনা ।
পাপ চণ্ডদে ঈশ্বরদা, নিয়ন্তা সাক্ষী ওইবনা ॥
পুন্নমক্কী ফনবা তৌরিবা, নিকাম কর্মী নুমিত্তা ।
চণ্ডদগুম অমম্বা মপৈ, পাপ .চণ্ডদে ঈশ্বরদা ॥
পাপ চণ্ডদে মহোশা, পুন্নমক্কী ফনবা তৌবদা ।
পাপ চণ্ডবনি, মশাগী ওইজবা কর্ম তৌবদা ॥
অপাম্বা থাদুনা তৌ, মীয়ামগী ফনবা মতম পূন্দদা ।
পাপ চণ্ডলোই, ফংগনি নির্বাণ শান্ত ব্রহ্মবু ॥

১৬শুবা আদেশ-বার্তা

## রামেশ্বর, রামচন্দ্রাশ্রম

( বিভূতি দর্শন-২ )

### জীবাত্মা

করম্না লৈ ইন্দ্রিয় পুন্নমক, করম্না লৈতে অমত্তসু ।
করম্না লৈ খাইদগী লাপনা, করম্না লৈ খাইদগী নক্লসু ॥

### পরমাত্মা

খোংনাং মরু ওইরিবৈদা, মশা মরেং পান্দবা ।
মশা মরেং পানবগুম, পাম্বী ওইরবা মতমদা ॥
লৈতবনি ইন্দ্রিয় ঈশ্বরগী, প্রলয়দা থুপগ্রবা মতমদা ।
লৈবনি ইন্দ্রিয় মহাক্কী, সৃষ্ট মতম ফোংদোকপদা ॥

লৈবনি ইন্দ্রি সাকার রূপ্তা, লৈতবনি নিরাকারদা।
ইন্দ্রি মশক্তি, সৃষ্টি মতমদা তৌরিবা উরিবা পুম্বা॥
চীং তুরেল উপাল রাপাল, গ্রহ নক্ষত্র মুমিৎ থা।
ইন্দ্রিশিংনি পরমাত্মাগী, উরিবা ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা॥
প্রলয় মতমদা চঙখি, পুম্নমক ইন্দ্রিগা লোয়ননা।
লৈতবনি ইন্দ্রি ঈশ্বর থুপঙবা কোংদোক্ত বদা॥
লৈবনি পরমাত্মা, জীব পুম্বগী থম্মোয়দা লেঙদনা।
লৈবনি অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড, অচৎ-চত্ত মমুং মপান্দা॥
অখণ্ডবগী মফমদা, লৈবনি ঈশ্বর থ্বাইদগী নক্না।
খণ্ডবগী মফমদা, লৈবনি মাদি থ্বাইদগী লাপনা॥

## জীবাত্মা

করম্না লৈ ঈশ্বর অমত্তনা, মশীং নাইদ্রবা জীবদা।
পুম্নমক্কী চঙফম তুংফম, হায়বিযু করম্না ওইরিবা॥

## পরমাত্মা

মুমিৎ অমত্তনা ঙানবগুম, লৈরিবা সংসার পুম্বা।
লৈবনি পরমাত্মা অমত্তা, জীব পুম্বগী থম্মোয়দা॥
আকাশনা লৈবগুম, মুমিৎ পুম্বা শীন থুংনা।
লৈবনি পরমেশ্বর লেঙদনা, অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড পুম্বদা॥
পঞ্চ ভূত দেহরথগী, শাথোবনি ঈশ্বর মহাক্না।
চিত্তজ্ঞান ওইনা, জীবত্না শক্তম লোতুনা॥
মক্কম থূদিং শীৎলিবা, মুংশিৎনা লৈবগুম আকাশতদা।
পরমাত্মাদা তুংবনি, লেঙলি চৎলিবা জীব পুম্বা॥

মফম খুদিং লৈবা আকাশপু, পক্ত-পুন্দবগুম্না।
হকচাং খুদিং লৈরিবা, আত্মাবু পক্তে করিগুম্বনা॥
ঈশিংনা তূংবগুম সমুদ্রদা, জীব পুম্বনা পৃথ্বীদা।
পূম্নমক্কী চঙযম তূংঙম্লি, ঈশ্বরদি পূম্নমক্কী মপা॥

## জীবাত্মা

করিগী উদে জীবনা, আত্মা ঈশ্বর মশাদা লৈরগা।
তাকপিয়ু প্রভু, করম উনি আত্মাবু জীবনা॥

## পরমাত্মা

মৃগনাভীনা থিবগুম, মখোয়দা কস্তুরি শৌরগা।
কোয়না থিরি ঈশ্বর, মশাদা লৈরগা খঙদবনা॥
থোক্লিবা নুমিৎ উদগুম, লৈচীন্না কূপ্লবদা।
জীবনা উদে আত্মাবু, মায়া লৈচীন্না কুপ্লনা॥
নুমিৎ মশক উবগুম, লৈচীন মপৈ হাইদোকপ্লগা।
উগনি ব্রহ্ম নুমিৎ খঙ্গোয়দা, মায়া লৈচীন থাংদ্রেগা॥
নুমিৎ মমি তাদগুম, কঙনা কুপ্লবা ঈপাক্তা।
উদবনি আত্মা, অপাম্বা মায়া কঙনা কুপখিবনা॥
নুমিৎ মমি উবগুম, কঙ হাইদোকপ্লগা ঈপাক্তা।
উগনি আত্মা নুমিৎসু, শেংলবা থঙ্গোয় অতিয়াদা॥
মায়াগী লৈচীন হাইদোকউ, ব্রহ্মজ্ঞান অস্ত্রনা।
উগনি আত্মা নুমিৎ, মক্তুবা হৃদি আকাশতা॥
আত্মা নুমিৎ উরবদি, মাঙখীনি অমম্বা মায়া।
ফংগনি মুক্তি শান্তি, পরমানন্দ ব্রহ্ম লোয়ননা॥

১৭ শুবা আদেশ বার্তা

## আদ্বৈতাশ্রম, বিষ্ণুপুর

( বাসুদেব স্বরূপ )

করম্না লৈবগে আত্মা, মফম খুদিং শীনখুংনা।
করি ওইনা লৈবগে, তাকপিয়ু তেংবাঙ্বা মপুনা॥

### পরমাত্মা

লং ঙাক্তা কুপ্লগুম, ফিগী মশা পুম্নমক্তা।
লৈপাক ঙাক্তা ঙায়বগুম, চকুগী মশা পুম্বদা॥
অচৎ-চত্ত জগত সংসার, পুম্নমক মানা শেম্বনা।
লৈবনি মানা কুপ্তুনা, অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা॥
মৈনা থুপ্তুনা লৈবগুম, উ নুং মৈখেত্তা মহৌশা।
লৈবনি আত্মা থুপ্তুনা, মফম খুদিং উদনা॥
পুম্নমক্কী হৌরকফম চঙফম্নী, আত্মা ঈশ্বর মহাক্না।
লৈতবনি সংসারদা, মঙোন্দগী তোঙানবা অমত্তা॥
মণি পরেং লেংবগুম, লংশুং অমত্তনা মহৌশা।
লৈরিবা জগত পুম্নমক্কী, মেরুদণ্ডনি মহাক্না॥
ঈশিংদা মানা মহাওনি, ওইবনি মনম পৃথ্বীদা।
মৈদা মৈশা ওইবনি, সুমিত্তা তেজনি মহাক্না॥
বেদদা প্রণব মহাক্নি, ওইবনি খোঞ্জেন আকাশতা।
আত্মা ঈশ্বর মহাক্নি, জীব পুম্নমক্তা লৈরিবা॥

অচৎ-চত্ত পুন্নমক্কী, হৌক্ষম লোইক্ষন্নী মহাক্না।
তেজস্বীগী তেজনি, জ্ঞানীগী জ্ঞান্নি মহাক্না॥
লাইগী মরক্তা ইন্দ্রনি, নিংথৌনি মীগী মরক্তা।
নারদ ব্যাস কপিল, মনু বামন ভগবান॥
মহাক্নি মন্নি ৱায়েনবা মপু, দিব্যশক্তি লৈরিবা।
লৈরিবা শক্তি মহাক্নি, অচৎ-চত্ত জগত পূম্বদা॥
নুংশিৎনা শীৎলিবা লেপ্তনা, মুমিৎনা ঙাল্লিবা।
মহাক্নি ঈচেলগী মরক্তা, শেংলবা গঙ্গা ওইরিবা॥
মহাক্নি বেদগী ওঁকার, মৌন জ্ঞান আত্মা।
বিদ্যাগী মরক্তা মানি, অধ্যাত্মিক বিদ্যা ওইবা॥
জীব পূম্বগী থরায় ওইবনি, পৃথীদা চঙহুনা।
থা ওইনা রস পীবনি, পাম্বী খিবিক্তা মহাক্না॥
নোং চুহল্লী, ঈশিং চিংখত্তুনা মুমিং ওইনা।
হিংহল্লী জীবশিং মানা, চীঙ্গাক থোকহন্দুনা॥
বৈশ্বানর ওইনা লৈহুনা, জীবগী হকচাংদা মানা।
তুমহল্লি চিঙ্গাক মখল মরীবু, মহাক্না মহৌশা॥
মন চিত্ত আত্মা মহাক্নি, জীব পূম্বদা লৈরিবা।
মাগী শক্তিনি, মীৎনা উরিবা নাকোংনা তারিবা॥
লৈনা মহাও খঙহল্লি, ঊনশানা শোক্পা মহাক্না।
মৈ ঈশিং নুংশিৎ আকাশ, গ্রহ নক্ষত্রনি মহাক্না॥
আকাশ লৈবগুম, মফম খুদিং শীন থুংনা।
লৈবনি পরমাত্মা, মফম খুদিং শীন থুংনা॥

নীংশিংউ তাইবং ঈশ্বরবু, ধ্যান্দা লুপ্তুনা তত্তনা।
কোকপীনি মানা, অরা-না পুন্নমক্তগী শোয়দনা॥

১৮শুবা আদেশ-বার্তা

**কৈলাস, বারুণী**

মেরা পুর্ণিমা, মহারাস

রবিবার, তাং ৬। ১০। ৬৮ ইং

( ধ্যান যোগ )

**জীবাত্মা**

করম্না ধ্যান তৌনি, ঈশ্বরবু মথম কদাইদা।
তাকপিয়ু প্রভু, ধ্যানগী লম্বী ঈশ্বর ফংনবা॥

**পরমাত্মা**

প্রকৃতিগী অটাকপা শেংলবা, পূক্লীং হুরবা মফমদা।
থোইনম্ভ ৱাংদবা নেমদবা, লৈতেম মান্নবা য়েংদুনা॥
শেংলবা আনন মথক্তা, পূক্লীং লৈতানা মথন্তা।
ফমগনি মায় অরাং, নক্রগা নোংপোক তন্দুনা॥
অস্নন্না যোগাসন্দা ফমদুনা, পূক্লীং অনি লোঙদনা।
ধ্যান তৌনি ঈশ্বর, মুর্তি লীলা থম্মোয়দা চেৎনা॥
চুহী ধারাগুম ৱাখল, অতৎপা লৈতনা।
মঙোন্দা চঙদুনা থমগনি, পূক্লীং লোঙদনা॥
থমগনি মীৎয়েং, পিশুম মরক্তা চুম্না ফমদুনা।
পূক্লীং ৱাখল চোইদনা, শান্তি ওইনা লৈরগা॥

# কৈলাসতা

## ধ্যান মগ্ন



নংগীনি প্রাণ আত্মা দেহ, ঐগী লৈরিবা পূম্বসে।
কচ্চরি মপু নংগী নফমদা হন্না, দেহ প্রাণ আত্মাদো॥
চঙজরি নংগী খুয়াদা, থম্বিয়ু লেঙদনা ননাইবু।
পানবিয়ু নংগী দর্শন, দিব্য মূর্ত্তি শ্রীবিগ্রহকম্মু।
লৌবিয়ু লৎনদনা আত্মা সমর্পণ, তশেংবা নংগী নরন্নি।
খুরুমজরি চরণদা হন্ন হন্না, মাঙদা তুংদা চুহী ধারাগুম॥

পূর্বাংবু হুদিদা পমগনি, হুদিবু মঙোন্দা।
নীংশিংগনি মাগী, দিব্যলীলাশিং থম্মোয়দা চেৎনা॥
নাপীগুম নোঙ্গনি মঙোন্দা, থুয়াদা চঙ্‌ঠুনা।
পীকশিন্নী বামন ভগবানগুম, মাগী মফমদা॥
থরায় হকচাং লন, লৈজরা খিরিক খাক্তুনা।
কখোকনি মঙোন্দা লোইনা, ভক্তিপা শোয়রনা॥
নীংগনি মপু মাবু, মৌন শান্তি ওইদুনা।
লাংকনি মাগী মুর্ত্তি, থম্মোয়দা চেৎনা শ্রদ্ধানা॥
নীংশিংগনি মাগী লীলাবতার, অঙকপা কয়া।
অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড, সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় তৌরিরা॥
তৌগনি স্তুতি, প্রেম ভক্তি শ্রদ্ধাঞ্জলিনা।
চঙজনি মঙোন্দা, মখোঙ থম্বাব পায়দুনা॥
হায়জনি ননাইগী ননাইরি, ঐকান্তি তোঙবা।
লৈজদে ঐগী করিষ্ট, কৎনীংঙাই মঙোন্দা॥
লৌবিয়ু থরায় হকচাং, লৈজবা পুন্না লোইনা।
নংগী নরমি, কচ্চরি নঙোন্দা অমুক হন্না॥
অসুম্না মায়ৈক পূন্নমক্তগী, মন লাকশীন্নুনা।
ঈশ্বরদা পুক্নীং থম্নগা, ফংগনি মাবু শোয়দনা॥

## জীবাত্মা

মনদি য়াম্না তথকই, ফাজীনবা য়াদে মুংশিংকুম্না।
করম্না ফাজিন্নী লাকঙমত্রবা মনবু মীওইবনা॥

## পরমাত্মা

অচুম্বনি মন লাকতমদবনি, সুংশিংকুম্না।
অচুবু তম্বনি হোংনবা, অমদি থাদোকপনা॥
যোগসিদ্ধি ওইতমদে, পুক্নীংবু লাকশীন্দ্রবদা।
লাকশীনবা তমই মনবু, আত্মা খুদুম চম্লগা॥
চিত্তবু আহ্লাদা থম্বা, তমদ্রবদা লেতদনা।
তমগনি মাবু ফংবা, সাধনা অভ্যাসনা॥
অভ্যাস তমদ্রগা, মাগীদমক কর্ম তৌ নহারা।
সিদ্ধি ফংগনি তাইবংনা মতোন্দা কর্ম কৎলগা॥
মসিদসু তমদ্রগা, তিম্নবা হোৎনৌ, চিত্ত মতোন্দা।
কর্মফল পুম্বা থাদুনা. হোৎনৌ মাগীদমক্তা॥
অভ্যাসতগী হেল্লি জ্ঞান্না, জ্ঞান্দগী হেল্লি ধ্যান্না।
ধ্যান্দগী কর্মফল ত্যাগ, মসিদগী ফংই শান্তি॥
অসুম্না মনবু চিংশীন্দুনা, মতোন্দা থম্লগা।
ফংগনি মাবু শোয়দনা, ধ্যান্দা লুপ্তুনা নাংলগা॥
লাকশীনগনি মন শোয়দনা, আত্মসংয়ম পাম্বেনা।
ফংবনি নির্বাণ ব্রহ্ম, পেম্ন-হৈরবা আত্মসংয়মীনা॥

১৯ শুবা আদেশ-বার্তা
ভক্তাশ্রম, মহাবলী
( ভক্তি যোগ )

## জীবাত্মা

কয়া লাপনা লৈবগে ঈশ্বর, মফম কদাইদা।
করম্না ফংগনি মাবু, মতৌ করম চঙজরগা॥

## পরমাত্মা

হাইদগী লাপনা লৈবনি ঈশ্বর, খণ্ডবগী মফমদা।
খাইদগী নক্লা লৈবনি মাদি, অখণ্ডবগী মফমদা॥
জীব পুম্বগী থম্মোয়দা, লৈবনি ঈশ্বর লেঙদনা।
অন্তর্য্যামী ওইবনি, পুম্নমক্কী সাক্ষী ওইনা॥
থরায় হকচাং লন, পুম্নমক কত্তুনা মঙোন্দা।
চঙজো মাগী খুয়াদা, পুক্লীং অনি লোঙদনা॥
নাপীগুম নোল্লুক্লা, শ্রদ্ধা ভক্তি লোয়ননা।
থম্মোয় শেংনা চঙজরগা, ফংগনি মাবু থম্মোয়দা॥

## জীবাত্মা

তাবিগদ্রা প্রভু, এনা কৌজবা হায়জবা ঈশ্বরনা।
কোকহনবিয়ু, চিংনবসি ননাইগী পুক্লীংদা॥

## পরমাত্মা

উদ তাদবা লৈতে, পুম্নমকসে তেংবানবা মপুনা।
লৈবনি মাদি, অচং-চত্ত পুম্নমক্কী মমুং মপান্দা॥
লৈবনি নংগী থম্মোয়দসু, ঈশ্বর মাদি লেঙদনা।
হায়জো চঙজো, পুবিনি মানা খুজেং পায়দুনা॥
আকাশনা মাগী হকচাংনি, শীন থুংনা লৈবা।
মায়কৈনা মাগী মনানি, মফম পুম্বদা লৈরিবা॥
থম্মোয় শেংনা কৌ মাবু, হায়জো চিংনদনা।
তাবীনি শোয়দনা, পীবিনি নিজবা পুম্বা॥

## জীবাত্মা

ঈশ্বরনা কনাবু চানবগে, প্রভু করি মরম্না।
কনাবু মানা তাথীবগে, তাকপিয়ু ননাইদা॥

## পরমাত্মা

ঈশ্বরগী কনা লৈতে, অচান চান্দ সংসারদা।
তেংবানবা মপুনি মাদি, পুম্নমক্কী ফনবা তৌরিবা॥
জগতকী মপানি, সুমিৎকুম মীচং মীথায় নাইদবা।
নোংগুম অমৃত পীবনি পুম্নমক্কা মান্নবা॥
মাবু থিবা জ্ঞানীবু, মানা চাপ্লি য়াম্না মহৌশা।
জ্ঞানীদগীসু যোগীনা চাপ্লি, থোইনা হেন্না॥
যোগীদি তিনবনি, মন আত্মা পরমাত্মাদা।
যোগীদগীসু হেন্নি, সমস্ত যোগী মচোন্দা চঙজরবনা
পুম্নমক কন্থু্না চঙজরবু, শ্রাইদগী চাপ্লি মম্না।
হৌনশানি মীনাইগী, অক্তবু চানবা ফত্তবু তাথীবা॥
তাথীবনি ঈশ্বরনা, হুরান চীঙ্গী তমথিবা
জীব হিংসা তৌবা, পাপকী কর্ম তৌরবদা॥

## জীবাত্মা

করম করম্না ভুক্তবু, থোইনা সুংশিরগে ঈশ্বরনা।
করম্না ভক্তি তৌগনি, মানা সুংশিন্নরিবা প্রভু॥

## পরমাত্মা

কর্ম পুম্না ঈশ্বরদা কন্থু্না, চুঙজরবা যোগীনা।
পুক্নীং শানি লোঙরকা, মাগী নীংববু সুংশি মম্না॥

থম্মোয় শেংনা নীংজববু, প্রেম শ্রদ্ধা ভক্তিনা।
মৃত সংসার সাগরদগী, লনবীনি মহাক্তা॥
জীব পুন্নমকপু য়েংথীদ্রবা, থোজানবিরবা।
"ঐ" নাপল লৈত্রবা, অরা-মুঙাই মান্নবা উরবা॥
ইন্দ্রিয় খুদম চল্লবা, মতম পুম্বদা পেল্লবা।
মবুক লেম্লা, আত্মসমর্পণ তৌববু মুংশি মানা॥
মাবু খ্বাইনা কিনদ্রবা, মীবুস্তু মানা কিদ্রবা।
অরা-মুঙাই কিবা লৈত্রবা, ভক্তবু মুংশি মানা॥
কনাবু ঙাইদ্রবা হৈশিংবা, অকিবা লৈত্রবা শেংলবা।
অপাম্বা পুম্বা থারবা, ভক্তবু মুংশি মানা থোইনা॥
কলক মিহৌ লৈত্রবা, চিন্তা আশা লৈত্রবা।
মাঙবা তোংবা মান্নবা উবা, ভক্তবু মুংশি মানা॥
য়েক্লবা মরুপ থাগৎপা, নোক্লবা অমত্ত উরবা।
অয়িং-অশা মান্নবা, অরা-মুঙাই অপাম্বা লৈত্রবা॥
খুরুম্বা চৈবা মান্নবা, রা ঙাঙদবা পেন্ন-হৈবা।
ময়ূম লিংদবা, পূকচেল তপ্পা ভক্তবু মুংশি মানা॥
চামল্লস্তু মাবু ফংদে, চামন্দ্রবস্তু ফংদে মা।
তুম্মাল্লবস্তু মাবু ফংদে, তুম্মন্দ্রস্তু ফংদে মা॥
চাং নাইনা তুমদুনা চাদুনা, ফমদুনা নীংদুনা।
থমউ পুক্নীং মঙোন্দা, ফংনি মাবু শোয়দনা॥
থরায় হকচাং লন আত্মা, পুন্নমক কত্তুনা।
চঙজো ভক্তি শ্রদ্ধা লোয়ননা, চানবীনি মানা থোইনা॥

## জীবাত্মা

ঈশ্বর থিবদা কণ্ডাওনরবা, শ্রদ্ধাদি লৈজবা ।
যোগীনা মাণ্ডলত্রা অরেম্বদা, হোৎনজবা পূম্বা ॥
কায়রত্রা, মুংশিৎনা হুম্বা নোং মৈপগুম্না ।
ফংদ্রত্রা ঈশ্বরস্ বিষয়াস্থু, কোকহনবিয়ু চিংনবা ॥

## পরমাত্মা

ঈশ্বরগীদমক হোৎনবা, তৌরিবা সৎকর্ম পূম্বা ।
মাণ্ডবা লৈতে কদৌঙৈদা, ইহলোক পরলোক্তা ॥
পুণ্য তৌরবা লোক্তা, লেঙদনা কুইনা লৈরগা ।
পোকই মহাক্তি, মহাত্মা গৃহদা শোয়দনা ॥
নত্রগা পোকই, শেংলবা যোগী ঋষি বংশদা ।
তাণ্ডলবা মপোক্কি মাদি, ফংঙমদ্রবা খ্বাইনা ॥
লৈপাক্তা হুনখিবা মরূনা, লোকপগুম চরোং পান্দুনা ।
থায়না থাখিবা হৈপান্না, চাবগুম মহৈ য়ান্দুনা ॥
হান্না চেনখিবা লমজেন্না, য়োবগুম লমথুংফম থুনা ।
হাকুম হৌখিবা থবক্তা, লোইবগুম কুমশি থুনা ॥
নহান মপোক্তা নীংখিবা, বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা ।
মথং মপোক্তা ফংই, ঈশ্বর খরদং হোৎনরগা ॥
খরদং হোৎনবা যোগীস্থু, অথোইবা মপু ফংবনা ।
মপোক কয়া হোৎনবা, যোগীদি ফংই মপু শোয়দনা ॥
তপস্বীদগী হেল্লি যোগীনা, জ্ঞানীদগীস্থু যোগীনা ।
কর্মদগীস্থু অথোইবনি, ওইয়ু যোগী অদুনা ॥

যোগী মরক্তস্থ, শ্রদ্ধাগা লোয়ননা অন্তরাত্মানা।
তন্তুনা ঈশ্বর শোল্লিবনা, যোগীনি অথোইবা ॥

২০শুবা আদেশ-বার্তা

## ভক্তাশ্রম-মহাবলী

( যোগ সাধনা-৩ )

### জীবাত্মা

করম করম্বা পাম্বৈনা, ফংবগে ঈশ্বর কনা কনানা।
করম্না ফংগনি মাবু, তাকপিয়ু লম্বীদো মপূনা॥

### পরমাত্মা

সাংখ্যজ্ঞানীনা ফংই, ঈশ্বর জ্ঞানযোগ পাম্বৈনা।
কর্মনস্থ ফংই ঈশ্বরবু, নিষ্কাম কর্ম যোগীনা॥
ভক্তিনস্থ ফংই ঈশ্বর, ভক্তশিংনা তশেংনা।
ধ্যানস্থ ফংনরি, যোগী ঋষিনা হৃদি মন্দিরদা॥

### জীবাত্মা

করম্না ফংবগে ঈশ্বর, সাংখ্যজ্ঞানীশিংনা জ্ঞান্না।
খওজনীংই প্রভু, তাকপিয়ু মচা খায়না মপূনা॥

### পরমাত্মা

জ্ঞানীনা থিরি আত্মা ঈশ্বর, জ্ঞান মৈরা পায়দুনা।
পরমাত্মা ব্রহ্মগী মশক্তি, জ্ঞানদি ঙাল্লবা॥
লৈত্রবনি সংসারদা, জ্ঞানগা মান্নবা শেংলবা।
ফংই শান্ত ব্রহ্মানন্দ, জ্ঞান ফংলবদা থীন্দনা॥

আত্মসংয়ম তৌরবদা, অপাম্বা পূম্বা থাদোক্তুনা।
উগনি আত্মব্রহ্ম, নুমিৎ ঙানবা থম্মোয়দা॥
সংসার অমম্বা মাঙহনবগুম, নুমিৎ মঙাননা।
মাঙহল্লি অমম্বা থম্মোয় সংসার, আত্মজ্ঞান নুমিৎনা॥
উবা ফংদে আত্মা নুমিৎ, মায়া লৈচীন্না কুপ্পনা।
মায়া লৈচীন হাইদোকউ, সংয়ম ব্রহ্ম অস্ত্রনা॥
মায়াগী লৈচীন থাংদ্রবা, ভক্তগী হৃদি মন্দিরদা।
উবনি পরমাত্মা নুমিৎ, ঙানবা তরং তরংনা॥
আত্মজ্ঞান খঙগনি, সাংখ্য শাস্ত্র নৈনরগা।
তাক্লীবনি সাংখ্য তত্ত্বজ্ঞান, ভাগবত গীতানা॥
সাংখ্য শাস্ত্র নৈনদুনা, আত্মজ্ঞান লৈরবা।
জ্ঞানীশিংনা ফংনরি, আত্মঈশ্বর হৃদি মন্দিরদা॥

## জীবাত্মা

করম্না ফংবগে পরমেশ্বর, কর্ম যোগীনা কর্মনা।
তাকপিয়ু হে যোগেশ্বর, মচা খায়না ননাইদা॥

## পরমাত্মা

মথৌ পূম্বা মপূদা কন্তুনা, তৌরিবা কর্ম যোগীনা।
ফংই মপু মাবু, মাগী কৃপাদগী তশেংনা॥
কর্মনা পুন্সীনি জীবগী, মহৌশা সংসারদা।
লংতনা ফি শাবগুম, স্বতঃসিদ্ধ ওইবা শোয়দ্রবা॥
তৌদবা য়াদে কর্মদি খল্লুফদে মহয়দি নহাক্সা।
তৌদবা য়াদে নথৌদাং, লৈরবদি তাইবং সমাজদা॥

থাফদে দান যজ্ঞ তপতি, কদৌডৈদা তাইবংনা।
কোকপীনি মপুনা অরা-অনা, তৌরদি মহয় পামদনা ॥
জনকুচিংবা ঋষিনা, ফংখি মাবু মহৌশা কর্মনা।
পূম্নমক তৌন-তৌনা, নিষ্কাম কর্ম ওইবনা ॥
পুনবনি মহৌশা কর্মনা, জীববু নমদুনা কন্না।
তৌনীংদ্রস্থ তৌহল্লি, নমদুনা মশানা চিংডুনা ॥
থাগৎনবা মীগী শিনফমদগী, হেনবনি তোল্লবা নথৌনা।
পাপ লৈতে, মহৌশা অরেপ্পা কর্ম তৌবদা নংনা ॥
থাফদে মহৌশা কর্মদি, দোষ লৈরস্থ মীওইবনা।
ফংনরি মপু, মথৌদাং তৌরগা মঙোন্দা কত্তুনা ॥
তাইবং জীব শেম্নগা, ব্রহ্মানা হায়খি মমাঙডৈদা।
নংনা কর্ম তৌরগা, কনগনি নহাকপু লাইনা ॥
পোকহনগনী চীঞ্জাক জীবগী, মানা নোং চুহন্দুনা।
মাগীদমক কর্ম তৌ, থরায় য়াঙনা হে জীবাত্মা ॥
মঙোন্দগী থোরক্লিবা, উরিবা জগত অপুম্বা।
পূম্নমক্তা শীন থুংনা, লৈরিবা ঈশ্বর মঙোন্দা ॥
মশাগী ধর্ম কর্ম কত্তুনা, ঈরাৎ পূজা তৌরগা।
ফংগনি পরমাত্মা ব্রহ্ম, সিদ্ধি ফংডুনা মীওইবনা ॥
নংনা তৌরিবা চারিবা, হোম তৌরিবা দান তৌরিবা।
তপ তৌরিবা পূম্নমক, কথোকউ মপু মঙোন্দা ॥
মপুগীদমক্তা অস্থম্না, নিষ্কাম কর্ম তৌডুনা।
ফংনরি পরমেশ্বর, যোগীশিংনা মহৌশা কর্মনা ॥

## জীবাত্মা

ভক্তিনা করম্না ফংবগে ঈশ্বর, খঙজনীংই ননাইনা।
তাকপিয়ু ভক্তিগী মতিক মগুণ, বৈকুণ্ঠনাথনা॥

## পরমাত্মা

ভক্তিদি খ্বাইদগী শন্বা, লম্বীনি ঈশ্বর ফংনবা।
ভক্তিনা ফংই মাবু, ভক্ত কয়ানা লায়না॥
ভক্তিদি শ্রদ্ধাগী তুংফম্নি, থাজবা মুংশিবা লোয়ননা।
নোল্লুকপা ব্যবহার উংপনি, ইষ্ট গুরু মফমদা॥
খাঙবা ঙমদে ঈশ্বরদি, ভক্তিগী মাঙদা মহৌশা।
ভক্ত বৎসল কৌনরি, ভক্তগী মখা পোনবনা॥
ভক্তি মখল মাপম্না, মাবু ইরাৎচদুনা।
মহাকপু ফংলি তশেংনা, ভক্তশিংনা লায়না॥
চঙজরগা মপু মঙোন্দা, কর্ম পুম্বা থাদুনা।
কনবীনি পাপ পুন্নমক্তগী, নংবু মহাক্না॥
মঙোন্দা পূক্নীং থমদুনা, মাবু খুরুমজদুনা।
মাগী ভক্ত ওইরগা, ফংগনি মাবু শোয়দনা॥
ইন্দ্রিয়গী অপাম্বা পুম্বা, লাকশীন্দুনা অমত্তা উরবা।
ভক্তনা ফংই ব্রহ্ম, জীব পুম্বগী ফনবা তৌবনা॥
কর্মপুম্বা মঙোন্দা কত্তুনা, নীংজ-চঙজরবা।
ভক্তনা ফংই মাবু, পূক্নীং অমত্তা ওইরবদা॥
থম্মোয় শেংনা কৎলিবা, হৈ লৈ ঈশিং উনা।
ভক্তগী পোৎতো লৌবী, মপুনা হরাও হরাওনা॥

থব্রায় হকচাং লন পুম্বা, কৎলবদা মপূদা লোইনা।
লানবৗনি ভক্তবু, মৃত সংসার সমুদ্রদৈ, মপূনা॥
ঈশ্বরবু পুম্নমক্তা উরবা, পুম্নমকস্তু উরবা মঙোন্দা।
মঙোন্দগী লেঙদে ঈশ্বর, মাস্তু লেঙদে ঈশ্বরদা॥
পোঙবা থোয়বা নাপল, অপাম্বা অশাওবা অকিবা।
পৈশীনবা লৈত্রবা থম্মোয়দা, ফংই শান্ত ব্রহ্মানন্দ॥
নাপীগুম নোল্লক্লা, ঈশিংগুম হম্বনা চঙজরবা।
তত্তুনা নীংজবা ভক্তনা, ফংই মাবু শোয়দনা॥
গঙ্গানা ফংখি, শ্রীবিষ্ণু নারায়ণ পাদ তশেংনা।
নোল্লক্লা শ্রদ্ধা ভক্তিনা, চঙজদুনা চরণদা॥
কনবীখি ভক্ত প্রহ্লাদবু, শ্রীহরিনা খুদক্তা।
মৈ ঈশিং মৃত্যু, যম দণ্ডদগী অকিবা কয়া॥
ধ্রুবনা ফংখি, বৈকুণ্ঠলোক লেঙদ-মাঙত্রবা।
যোগী ঋষিনা ফংঙমত্রবা, শুদ্ধ ভক্তি শ্রদ্ধানা॥
শুদ্ধ প্রেম ভক্তিনা, ঈশ্বর নীংজবা ভক্তশিংনা।
ফংনরি ঈশ্বর শংশংনা, শান্তি মুক্তি লোয়ননা॥

২১শুবা আদেশ-বার্তা

## মন্দাকিনী তার্থ, সনাহনলোকচাও

অমাবস্থা-শ্যামা পূজা দিবস [সোমবার তাং ২১। ১০। ১৯৬৮ ইং]

( পরমাত্মা শক্তম )

### জীবাত্মা

কনাবু নীংগনি শোম্নি. চঙজনি কনাগী মফমদা।
তাকপিয়ু প্রভু পুম্নমক্কী অথোইবা ঈশ্বরদো॥
পূম্নমক্কী অরা-না অকিবা, কোকপীবা ঙম্বা।
পুম্নমক্কী চঙজফম, অমতা ঙায়রবা মপুদো॥

### পরমাত্মা

পুম্নমক্কী অথোইবা মপুগী, হায়গে নাম গুণদো তাও।
খঙগদৌবা নীংগদবা, শোনগদবা পুম্নমক্কী চঙজফম॥
শীংথাবা ঙমদে মাগী গুণাবলী, অনন্ত ব্রহ্মানা।
লোইবা নাইদে শক্কুনা, হায়গে তাও শম্পৎনা॥
শ্রীবিষ্ণু কৌবনি, নারায়ণ পরংব্রহ্ম পরমাত্মাসু।
কৌবনি পরমেশ্বর, জগদীশ্বর জগন্নাথ জগত প্রভু॥
লোকনাথ লোকস্বামী, লোকেশ্বর লোকপালক।
সর্বেশ্বর সর্বলোক মহেশ্বর, সর্বাত্মা বিশ্বাত্মা॥
ত্রিলোকাত্মা ত্রিলোকেশ্বর, ত্রিভুবণ স্বামী সুরেশ্বর।
সুরাধ্যক্ষ লোকাধ্যক্ষ, লোকেশ্বর লোকনায়ক॥
কৌবনি নিরঞ্জন নিরাকার, মশক মওং নাইদবা।
কৌবনি অবতার পুরুষোত্তম, ফোংনস্থ লৈবনা॥

# মন্দাকিনী তীর্থ

## পরমাত্মা দর্শন



পুন্নমক্তী হৌরকফম চওজফম তুওজফম ওইরিবা মপু।
পুন্নমক্তা শান থৃংনা লৈরিবা, আকাণকুম লেওদনা॥
পোক্তবা শিদ্রবা মাওদ্রবা, অচৎ-চত্ত মনুং মপান্দা লৈরিবা
পুন্নমক্তী অরা-অনা অকিবা, কোকপীবা অথোইবা মপু॥
পুন্নমক্তী মাও-তুং ময়ায়দা, মাত্তমক মরৈবা লেওদনা।
পীবিয়ু'নংগী দর্শন, তাকপিয়ু বিভূতি লীলাবতার॥

কৌবনি সর্বব্যাপী সর্বভৌম বাসুদেব কৃষ্ণ।
মফম খুদীং শীন থুংনা, কুপ্তুনা লৈবনা মানা॥
লৈবনি পূম্নমক্কী থম্মোয়দা, সাক্ষী ওইনা লেঙদনা।
কৌবনি অন্তর্য্যামী সাক্ষী, সচ্চিদানন্দ ব্রহ্ম॥
তোল্ল-তারবগী মরুপনি, মমা মপানি লমজাগী।
কৌবনি দীননাথ, দী-বন্ধু পতিতপাবন।
কৌবনি প্রেমসিন্ধু, দয়াসাগর কৃপানিধি।
জগজ্জীবন প্রাণাধার, প্রাণেশ্বর প্রাণনাথ॥
কৌবনি সর্বভূতাত্মা, অন্তর্য্যামী সাক্ষী।
পূম্নমক্কী থম্মোয়দা, লমজীং মৈরা ওইবনা॥
কৌবনি প্রাণদঃ প্রাণ, প্রাণস্থ, প্রাণাত্মা।
জীব [illegible]মকী থরায়,· অন্তরাত্মা ওইবনা।
স্বয়ম্ভু[illegible]ত্য ধর্ম পরায়ণ, সত্যং সনাতন।
অনাদি নিধনং শাশ্বত, পোক্তবা শিত্রবা॥
কৌবনি ভক্ত বৎসল, করুনানিধি হায়না।
খৌজানগী সমুদ্র, প্রেমগী মূর্ত্তি চানবী হৈবা।
জগতকী মপা মপুনি, য়োকপী কনবীরিবা।
পূম্নমক্কী চঙজক্কম, তুংনকম, লৈকম্ ওইরিবা॥
পূম্নমক মানা শেম্বনি, পূম্নমক লৌশিনবনি মানা।
পূম্নমক তিনবনি মঙোন্দা, পূম্নমক্তা লৈবনি মানা।
পূম্নমক্কী হৌকম লোইফম, চঙকম্নি মহাক্না।
অহৌবা অরোইবা নাইত্রবা, লেঙত্র মাঙত্রবা॥

মফম খুদিং লৈবনি, আকাশকুম শীন থুংনা।
লৈবনি পুন্নমক্কী থম্মোয়দস্থ, অন্তর্য্যামী ওইনা॥
খৌজানগী তুংনফম, তোল্লবগী মরুপ কনবীহৈবা।
কৌবনি ভক্ত বৎসল, ভক্তগী মথা পোন্দুনা॥
পুন্নমক্কী শেম্বী ঙাকপী, কনবীবা মপুনি জগৎকী।
পুন্নমক্কী মমা মপা, মপু গুরু ইষ্টদেবতা ওইবা॥
কনানা কৌবনি ঈশ্বর, অল্লা গোড কচিংকরাই।
কনানা কৌবনি শিদবা মপু, তোঙান তোঙান্না॥
অমত্তনি মপু পুন্নমক্কী, চঙজফম অথোইবা।
কৌজবতনি তোঙান তোঙান, জাতিগী লোন্দা॥
চঙজরো মপু মাগী খুন্নাদা; পুন্নমক থাদোক্তুনা।
কনবীনি মানা অরা-না, লানবীনি ভবসাগর॥
লাচ্চরো মাগী মুর্ত্তি, থম্মোয়দা শ্রদ্ধা ভক্তিনা।
শক্লো শোল্লো, নীংজরো, পুন্নমক্কী মপু অথোইবা॥
ফংগনি মুক্তি শান্তি নির্বাণ, সংসার চক্রদগী।
তাক্লবনী পুন্নমক্কী অথোইবা মপু, চঙজফম শ্রীহরি॥
শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম ধারী, চতুর্ভুজ নারায়ণ।
শ্রীবিষ্ণু ভগবান, সচ্চিদানন্দ পরংব্রহ্ম পরমাত্মা॥
শ্রীবিষ্ণুগী নামবু, নীতিগী তারী শোল্লিবা মীনা।
লৈতে অরা-না অকিবা, বন্ধন খুদোংথীবা॥
বাসুদেব ভক্তনা ফংই, সুঙাই য়াইফবা লেপনা।
তেজ, বীর্য্য বলশক্তি, যশ কীর্তি শ্রী লোয়ননা॥

ধর্ম ফংই ধর্ম পাম্বনা, লন ফংই লন পাম্বনা।
কাম ফংই কাম পাম্বনা, মচা পাম্বনা মচা॥
ফংই বুদ্ধিজ্ঞান, ধৈর্য্য শ্রীমান শ্রেষ্ঠ ভক্তনা।
লৈতে জরা ব্যাধি ভয়, ফংই শান্তি সুখ॥
অরী-না অকিবা খুদোংথীবা, বন্ধন কোক্তুনা।
ভক্তনা ফংই মুক্তি, নির্বাণ ব্রহ্মানন্দ লেপনা॥

২২শুবা আদেশ বার্তা

## মন্দাকিনী তীর্থ, সনাহনলোকচাও

(পরমাত্মা বিভূতি বর্ণন)

### জীবত্মা

তাকপিয়ু পরংব্রহ্ম, পরমাত্মাগী গুণাবলী ননাইদা।
তাজনীংই মাগী বিভূতি, লীলাবতার অডকপা॥

### পরমাত্মা

শীংথাবা ওমদে মাগী, মতিক মগুণ বিভূতি লীলা।
ব্রহ্মানন্দ পৃথ্বী লৈরীক, সমুদ্র ঈরীক্‌মনা॥
পৃথ্বীনা মাগী খোঙনি, খুয়ানি মাগী পাতালনা।
অতিয়ানা কোক্তি মাগী, খোয়দোনি সমুদ্রনা॥
সুমিংনা মিংনি, স্বরনি মাগী সুংশিংনা শিংলিবা।
থানা মাগী মন, খোঞ্জেন্নি মাগী বেদ ওঙ্কারনা॥
মাঙৈকনা মাগী নাকোংনি, চৌন্নী মাগী মৈনা।
ঈশিংনা লৈংবং মমনা পিশুম, তুনি গ্রহ নক্ষত্রনা॥

নিরঞ্জন নিরাকারনি, ওইবনি সগুণস্থ মানা।
সর্ব্বব্যাপী অনাদি ব্রহ্ম, সনাতন ওইরিবা॥
লৈবনি মাগী খোঙ খুৎ, মফম খুদীং মিৎ-না।
চীন কোক শীনথুংনা, মফম মতম পুন্নমক্তা॥
ইন্দ্রিয় লৈবনি পুন্নমক, লৈতবনি ইন্দ্রি অমত্তা।
নত্তবনি নিপা নুপী অমত্তা নপুংসকস্থ আত্মা॥
লৈবনি অচৎ-চত্ত পুন্নমক্কী, মসুং মপান্দা আত্মা।
পক্তে শোক্তে মাবু, আকাশকুম কুম্নলা॥
লৈবনি জীব পুন্নমক, মতোন্দা ভুংদুনা মহৌশা।
লৈবনি মাস্থ থুগুনা, জীব পুন্নমক্তা লেঙদনা॥
লৈবনি মাদি থাইদগী লাপনা, থঙদবগী মফমদা।
লৈবনি মাদি থাইদগী নকুস্থ, অথঙবগী মফমদা॥
তোঙান্দনা লৈ জীব খুদিংদা, তোঙামস্থ লৈবনি মানা।
পক্তে শোক্তে মাবু, পাপ মায়ানা আকাশকুমনা॥
মঙালগীস্থ মঙান্নি মাদি, অমম্বা রাংমদা লৈবা।
পুন্নমক্কী সাক্ষীনি, খঙগদোবা জ্ঞানতনা খঙবা॥
শোক্তে শিদে মাঙদে, আত্মাদি কদোইঙদা।
লৈতবা নত্তে লৈরোইদবস্থ, আত্মা লৈরম্লগা॥
খুৎলায়না কক্তে আত্মাবু, চাকপা ঙমদে মৈনা।
সুংশিৎনা হুমদে মাবু, চোৎপা ঙমদে ঈশিংনা॥
ককঙমরবা চাক্কবা, চোক্লবা হুমদ্রবনী আত্মা।
আকাশকুম্না, লৈরস্থ অচৎ-চত্ত পুন্নগী মসুং মপান্দা॥

অমনবা পেগায়বা ফি হুন্দোক্লুনা, মীওইবনা।
হোংবগুম অনৌবা, হোংই অনৌবা দেহ আত্মানা ॥
অঙকপা ওইনা হংই, আত্মাবু কনা অমনা।
অঙকপা ওইনা হায়, আত্মাবু কনা অমনা ॥
অঙকপা ওইনা তায়, আত্মাবু অতোপ্পনা।
খঙবা ঙমদে মাবু তারম্থু, কনাগুম্বা অমত্তনা ॥
পূম্নমক মানা শেম্বনি, পূম্নমক লৌশীনবনী মানা।
পূম্নমক্কী হৌরকফম লোইফম, ওইবনি মরকম্থু মানা ॥
লৈরমই লৈপাক হান্ননা, চকুনা লৈত্রিঙৈ মমাঙদা।
শাবনি চকূদি মরক্তা, লৈপাক্না অকোনবদা ॥
লৈবনি লৈপাক ঙাক্তা, চকূগী মশা পূম্নমক্কা।
লৈহৌবগুম লৈপাক ঙাক্তা, চকূনা কায়থ্রবদা ॥
লৈরমই মাতমক, পূম্নমক্কী মাঙদা অহানবদা।
লৈবনি মাতমক লেঙদনা, মাঙ-তুং মরক্তা ॥
মিরাংনা লাং শারগা, মপুক্কগী লং পুখোক্লুনা।
য়োংশীনবগুম মপুক্তা হন্না, লৌশীন্নীংবা মতমদা ॥
পূম্নমক মানা পুথোক্লগা, সৃষ্টি মতম লাকপদা।
পূম্নমক লৌশীনবনি মানা, অমুক প্রলয়দা ॥
ঈশিংদগী থোকপা কোঙ্গোম্না, তাউরগা ঈপাক্তা।
তিনবগুম ঈশিংদা, পূম্নমক তিনবনী মঙোন্দা ॥
মায়ানা পক্কে আত্মাবু, আকাশকুম্না কদৌঙৈদা।
লৈরবম্থু লেঙদনা, অচৎ-চত্ত পূম্নমক্কী মনুং মপান্দা ॥

ওইবনি সাকারস্থ নিরাকারস্থ, ঈশিংগুম্না মানা।
ওইবগুম উন লেন লৈচীন লিক্লা, ঈশিংতনা॥
পুম্নমক্তা লৈবনি আত্বা, মৈগুম নুঙদা থুপ্লুনা।
ফোংদোকই শক্তম, কান্নবা মতম লাকপদা॥
থোরকপগুম নুং মৈখেৎতগী, থুপ্লুনা লৈবা মৈনা।
ফোংদোকই আত্মানা, মতমগী শক্তম লৌদুনা॥
অমত্তনি খঙগনি, খেন্নদে জীবাত্মা পরমাত্মা।
দেহদা লৈরগা জীবাত্মা, মপান্দা লৈবনা পরমাত্মা॥
দেহগী ফব্রাংনা মরক্তা খনবনা, উবনি তোঙান্না।
দেহগী ফব্রাং মাঙহৎগা, তিন্নখী জীবাত্মা পরমাত্মা॥
লৈবনি আত্মা, অচৎ-চত্ত পুম্নমক্কী মনুং মপান্দা।
দেহদা লৈবনা জীবাত্মা, মপান্দনা পরমাত্মা॥
লং নত্তনা ফি, লৈপাক নত্তনা চক্, লৈত্তবগুম্না।
লৈত্তবনি অচৎ-চক জগত, পরমাত্মা য়াওদনা॥
নুমিৎনা ঙাল্লি, মৈনা চাক্লি মাগী মঙালনা।
নুংশিৎনা শির্লি, ঈশিংনা ঈংলি মাগী শক্তিনা॥
অমম্বা নোং মপৈদা, ঙানবগুম লোংখাংনা মত্তৌশা।
জীব পুম্বগী থম্মোয়দা, ঙানবনি আত্মরূপনা॥
লেঙহন চৎহল্লী জীববু, জ্ঞানচেতনা ওইনা।
চঙবা ঙমদে মায়া আত্মাদা, নুমিত্তা চঙদবগুম অমম্বা॥
নুমিৎ অমত্তনা ঙানবগুম, সংসার পুম্না লোইনা।
পরমাত্মা অমত্তনা ঙাল্লী, জীব পুম্বগী থম্মোয়দা॥

জীবদা পরমাত্মা চঙলগে, ইন্দ্রিয় ওরামাথোইদা।
লৈদুনা মন্দা তোংলগা, লেঙহন চৎহল্লী মানা॥
জ্ঞানবুদ্ধি ওইদুনা, চেতনা পীরি জীবদা মানা।
উবা তাবা মনম মহাং, শোকপা খঙহল্লী মানা॥
মফম খূদীং লৈবা আকাশপু, পঞ্চবগুম কূপ্পনা।
হকচাং খূদীং লৈবা আত্মার, পক্কে মায়ানা॥
মফম খূদীং শীন থুংনা শীৎলিবা মুংশিৎনা তত্তনা।
আকাশতদা লৈবগুম, জীব পূম্বা তুঙই মডোন্দা॥
পুম্নমকী হৌরকফম তুঙফম, লোইফম্নী পরমাত্মা।
পুম্নমক লৌশীনবা, অনন্ত মহাকালনী মাঙদ্রবা॥
পোক্কুবা শিন্দ্রবা মাঙদ্রবনি, অখণ্ডবা খণ্ডগদৌবা ওইবা।
অহৌবা অরোইবা নাইদবনি, ময়ায়স্মু পরমাত্মা॥
মানা কর্তানি যজ্ঞী, ওইবনি হোম হোতা।
ঔষধি মানি মন্ত্র পূজাস্মু, ওইবনি মৈ মানা॥
জগতকী মমা মপা মপূনি, য়োকপী কনবীবা।
পুম্নমক শেম্বী ডাকপীবা, অনন্ত ব্রহ্মান্দ কর্তা॥
মৈ ঈশিং নুংশিৎ পৃথ্বী, আকাশ লৈরিবা।
পুম্নমক মাগী শক্তিনি, গ্রহ নক্ষত্র উরিবা॥
ফোংদোক্কুবা আত্মানা, ফোংদোকই মতম মতমদা।
নুঙদগী মৈ থোরক্‌ম, জগতজীব কম্নবা॥
ধর্মনা মরাই চাইথরকপা, অধর্মনা হেনগৎলকপদা।
সাধুশিংবু কন্নবা, ফত্তবশিংবু মাঙহন্নবা মানা॥

ধর্মবু য়োকখৎনবা, মতম মতমগী মতুং ইন্না।
কোংদোকই মানা, অবতার তৌদুনা শক্তম নাইনা॥
রাবণ বোধ তৌনবা, চোংথোকই রাম ওইনা।
মাঙহন্নী কংসবু, কৃষ্ণ অবতার তৌদুনা॥
নমথখী বলিবু পাতালদা, বামণ অবতার তৌদুনা।
মাঙহনখী হিরণ্য কৈশীপ, নরসিংহ চোংথোক্লুনা॥
কনবিখি পৃথ্বী মাতা, শুকর অবতার তৌদুনা।
কনবিরি তোল্ল-তারবা, জগত জীব পুম্বা মানা॥
দশাবতার তৌদুনা, শ্রীহরি পরংব্রহ্ম পরমাত্মানা।
ঙাকপী কনবিরি জগত, শেম্মীরি অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড॥
কনবিখি ভক্ত প্রহ্লাদপু, মৈ ঈশিং মৃত্যুদগী মানা।
ধ্রুবনা ফংখি বৈকুণ্ঠ লোক, মাগী কৃপাদ' লেঙম্রবা॥
জগতকী মপূ অথোইবনি, অরা-না অকিবা কোকপীবা।
ভক্ত বৎসল করুণানিধি, পরংব্রহ্ম পরমাত্মা॥
চঙজরো মাগী খুয়াদা, পুম্নমক লোইনা কত্তুনা।
নীংজরো মাবু পুক্নীং লোঙদনা অতৎপা লৈতনা॥
চুহী ধারাগুম, মঙোন্দা পুক্নীং থমদুনা ত্তুনা।
মাগী ভক্ত ওইদুনা, লাংলু খুরুমউ হন্না হন্না॥
শকচরো শোঞ্জরো, মাগী মীংথৈ মতম পুম্বদা।
কনবীনি নংবু মায়া লাংদগী মপূ মহাক্না॥
লানবীনি নংবু, অকীবা ভবসাগরদগী মহাক্না।
পুবীনি মৃত সংসারদগী, বৈকুণ্ঠদা লেঙম্রবা॥

ফংগনি নির্বাণ, শাস্ত ব্রহ্মানন্দ শোয়দনা।
কাউগনু মহামহসে, জীবনা পরমাত্মা ফংনবা॥
নুমিৎনা থোকপদা মাঙখিবগুম, অমম্বা মপৈ পুম্বা।
মাঙখিনী অমম্বা মায়া, আত্মা নুমিৎ উরবদা॥
ফংগনি পরমাত্মা ব্রহ্ম, পুন্নমক্কী মপু অথোইবা।
নাম্বোক্নী সংসার চক্রদগী, ফংগনি নির্বাণ পরমানন্দ॥
থূপ্লবদগী থূপ্লবা খঙগদোবা, পুন্নমক্কগী অথোইবা।
তাক্লবনী পরমাত্মা ব্রহ্ম, জ্ঞাস্তনা খঙগদোবা॥
অচৎ-চত্ত পূম্বগী, মন্নুং মপান্দা শীনথুংবা লৈরিবা।
সর্বব্যাপী বাসুদেব, সচ্চিদানন্দ শ্রীহরি মহিমা॥
অসিগুম্বা তত্ত্বসি, তপ তৌদবা নাস্তিকশিংদা।
হায়রুস্নু কদৌদৈদা, তানীংদবা ঈশ্বর তাথীবদা॥
তাক্কনু পাপী চণ্ডাল, হূরান চীন্থী মীনম্বদা।
লৌনম্বদসু, জগতকী মপূ, শ্রীহরি নামামৃত কথা॥
থূপ্লবা ভগবত তত্ত্বসি, তাক্লবদি ঐগী ভক্তদা।
ভক্তিনা ফংই পরমেশ্বর, জীবনা শোয়দনা সংসারদা॥
ভক্ত বৈষ্ণবতা, ভগবত তত্ত্ব তাকপদগী হেনবা।
নুংশিবা লৈত্রে, ভগবান ঐগী অতোপ্পা সংসারদা॥
আত্মতত্ত্ব জ্ঞানসি তারবা, থাজনা চৎলবা।
খরায় য়াওবা জীবসু, ফংই পুন্নমক্কী অথোইবা॥
বৈকুণ্ঠদা নারায়ণ, বিষ্ণু ওইনা লৈবিরিবা।
জীবলোক্তা সচ্চিদানন্দ, বাসুদেব ওইবিরিবা॥

২৩শুবা আদেশ বার্তা

ব্রহ্মলোক, কোঁক্র

ভাদ্রদ্বাদশী —বামন জন্ম, শিক্ষকদিবসর বিবার

তাং ৫। ৯। ১৯৭৬ ইং

( ব্রহ্ম-তত্ত্ব-১ )

## জীবাত্মা

হকচাংদা লৈবা আত্মাবু, করম্না শোক্কে মায়াগুম্না ;
করম্না মাঙদে আত্মাদি, মাঙখ্রবস্ন হকচাংনা ॥

## পরমাত্মা

ঈশিংদা তাবা মুমিৎ মমিবু, চোত্তবগুম ঈশিংনা।
আত্মাবু শোক্কে গুণনা, দেহনা লৈরস্ন কর্তা নত্তবনা ॥
অদুবু অহংকারনা শুমদুনা, প্রকৃতি গুণগা মরী লৈবনা।
ঐনা কর্তানি খল্লকই, অহৃম্না জীবনা ওম্না ॥
দেহগা শম্নবদা অহংকারদগী, পাপ পুণ্যনা পুন্দুনা ;
শোকপনী সংসারদা হম্না হম্না, অফবা ফত্তবা মপোক্কো ;
মঙগী মতৌগুম অরেম্না, সংসার বিষয় খনবনা।
নাম্থোক্কে জীবনা, অরা-মুঙাই সংসার চক্রদগী ॥
বিষয়দা লুপ্লিবা চিত্তবু, লাকশীল্লু বৈরাগ্য ভক্তিনা।
থমউ চিত্ত পরমাত্মাদা, অপাম্বা পূম্বা থাদোক্কুনা ॥
ককথৎলু অপাম্বা মায়া লাং, মনবু পুল্লিবা সংসারদা।
আত্মসংযম থাঙশাংনা, ফংগনি মুক্তি চক্রদগী ॥

ঈশিংদা তারি নুমিৎ মমি, উরি ফক্লাংদস্নু তাবা।
ঈশিংদ' মমিনা তাকপগুম, আকাশতা নুমিৎ লৈবা॥
দেহ ইন্দ্রি মন্দা তারিবা, প্রতিবিম্ব স্বরূপ ওইবা।
উবা ফংই পরমাত্মাবু, শুদ্ধ চিত্ত বৈরাগ্য ভক্তিনা॥
জীবনা তুমথ্রবা মতমদা, মন ইন্দ্রিয় শক্তিস্নু থুপথ্রবদা।
হৌগত্নুনা লৈ আত্মাদি, অহংকার য়াওদনা সাক্ষী ওইনা॥
মাঙদবনি আত্মাদি উদ্রস্নু, নুংদা লৈবগুম মৈনা।
অন্তর্যামী দৃষ্টা, অনুমন্তা—সাক্ষী ওইনা জীবদা॥
ইমুং মপানগী অহাঙবা, ভিন্নবগুম য়ুম্না মাঙথ্রবদা।
ঈশিংগী মমিনা তিনবগুম নুমিত্তা, পাত্র কায়থ্রগা॥
চকচাংদা লৈবা আত্মাস্নু, তিন্নখী পরমাত্মাদা।
চকচাংনা মাঙথ্রবদা, মাঙবা লৈতে আত্মাদি কদোইঙদা॥
মিংনা নুমিৎ উবগুম, আত্মাবু উই ব্রহ্ম খঙবনা।
আত্মা নুমিৎ উরবদা, ফংই শান্ত পরমানন্দ জীবনা॥
অতুনা নীংশিংউ আত্মাবু, নশাদা লৈরিবা লেঙদ্রবা।
অহংকারনচিংবা তত্ত্ব পূম্বগী, হৌরকফম ওইরিবা॥
মৈবা চিংবগী মৈরীনা, মাঙহনবগুম শীংবু চাক্লুনা।
আত্মজ্ঞান মৈরীনা, মাঙহল্লী প্রকৃতি মায়া॥
মঙগী অকিবনা করিমত্তা, ত্তোদবগুম তাইবংদা।
চঙবা ঙমদে প্রকৃতি মায়া, আত্মাদর্শী হরি ভক্তদা॥

## ২৪শুবা আদেশ বার্তা

## ব্রহ্মলোক, কৌক্র

## ( ব্রহ্ম-তত্ত্ব-২ )

### জীবাত্মা

করম্না ফংগনি মোক্ষ, মায়াদগী জীবনা সংসারদা।
করম্না ওইনি মুক্তি, প্রবৃত্তিদগী তাকপিয়্ প্রভুনা॥

### পরমাত্মা

প্রকৃতিনচিংবা তত্ত্বশিংগী, তৌরকক্ষম তাক্লিবা।
সাংখ্য তত্ত্বদগী আত্মদর্শন, জ্ঞান ফংলবতদা॥
ফংগনি মোক্ষ জীবনা, সংসার মায়াদগী তাইবংনা।
ওইগনি মুক্তি, প্রবৃতি গুণশিংদগী শোয়দনা॥
মোক্ষ ফংনবা থোঙনি, আত্মদর্শন জ্ঞানতনা।
খুংলায়নি, অহংকার হৃদি গ্রন্থি ককথংনবা॥
প্রকৃতি গুণ-মায়া লাংদগী, নাম্থোক্লবা তাইবংনা।
হায়গে কপিল ভগবান বাণী, তাও হে জীবাত্মা॥
জগত পূম্বদা লৈরিবা, মানা শীন্থুং' কুপ্তুনা।
আত্মা অসিমক পুরুষনি, খঙউ হে জীবাত্মা॥
অনাদি নির্গুণ্নি মাদি, প্রবৃত্তিদগী তোঙানবা।
অন্তর্য্যামী স্বয়ম প্রকাশকনী, অন্তকরন্দা লৈবা॥
অদুগুম্না সর্বব্যাপী, আত্মা পুরুষনা লীলা'দমক্তা।
লৌখি প্রকৃতি গুণশিং, মশানা খঙনা য়ানা॥

প্রকৃতিনা শেমখী এ জাবু, মাগী মাথং ইম্মা।
শুদ্ধংথেরে পুরুষ মসিদা, জানবু থিজংনা কুপ্পনা॥
মসিদগী তোঙানবা প্রকৃতিবু, মথাক্কি খঙ্গুনা।
প্রকৃতিনা তৌবা কর্মশিংগী, খল্লি কর্তানি মানা॥
কর্তানি খনবা অভিমান্দগী, স্বতন্ত্র পুরুষনা।
পরতন্ত্র ওইবনি, জন্ম মৃত্যুরূপ বন্ধন ওইদুনা॥
পুরুষনা গুণ ভোগ তৌবনা, প্রকৃতিদা লৈদুনা।
সুখ দুঃখ ভোগ তৌবগী, কারণ্নি অশেংবা॥
পুম্নমক প্রকৃতিনা তৌবনি, জীবনা ওইদে কর্তা।
পুনবনি জীববু, অহংকার, বিষয়া পাম্বনা॥
বিষয়াসক্তি থাদোকউ, "ঐ" অহংকার লোয়ননা।
ফংগনি মোক্ষ মায়াদগী, প্রকৃতিদগী মুক্তি জীবনা॥
ইন্দ্রিয়শিংনা চিংশিল্লি, মনবু সংসার বিষয়াদা।
পুনবনি বিষয়াসক্তিনা, শোকউবদা লাংগুম্না জীববু॥
নম্থোকপা ঙমদে জীবনা, মনবু পুল্লিমখৈ বিষয়ানা।
ককথৎলু পুল্লিবা লাং, পেন্নখৈবা সংয়মঅস্ত্রনা॥
ফাজীল্লু মনবু অপাম্বদগী, থেঙ্গুগুম মায়কৈপুম্বদ'।
ফংগনি মুক্তি জীবনা, প্রকৃতি মায়াদগী মোক্ষ॥
পুম্নমক লোইনা থাদুনা, চঙজো মপুদা অমত্তা ওইনা।
কোকপীনি মানা পাপ পুন্যা, মঙোন্দা লোইনা শিন্নরগা॥
চারীবা চৎলিবা তৌরিবা পুন্যা, কথোকউ মঙোন্দা।
ফংগনি মোক্ষ মায়াদগী, প্রকৃতিদ' মোক্ষ মুক্তি জীবনা॥

২৫শুবা আদেশ বার্তা

## ব্রহ্মলোক-কৌক্র

( সাংখ্য-তত্ব )

### জীবাত্মা

বিশ্বগী স্থূল সূক্ষ্ম, কারণ স্বরূপ পুরুষ ওইবা।
তাকপিয়ু মাগী লক্ষণ, প্রকৃতি শক্রমস্থ প্রভুনা ॥
করম্না পোকখি জগত পূম্বা, প্রকৃতি আত্মা তিন্নবদা।
হায়বিয়ু প্রকৃতি আত্মা, শক্রম তোপ্প তোপ্পা ॥

### পরমাত্মা

ত্রিগুণাত্মক ওইবা অব্যক্ত, নিত্য কার্য্য কারণ ওইবা।
পূম্নমক্কী পৌরকফম, কারণ প্রধান্নী প্রকৃতিনা ॥
মহাভুত মঙা তন্মাত্র মঙা, অন্তকরণ মরি লৈরিবা।
প্রকৃতি কর্মনি তত্ব কুনমরি, ইন্দ্রিয় তরাগা ॥
মৈ ঈশিং নুংশিং পৃথ্বী, আকাশ মহাভুত মঙা।
গন্ধ রস রূপ স্পর্শ শব্দ, তন্মাত্রনি মঙাসিনা ॥
নাকোং নাতোন লৈযেং, মীৎ চীন উনশা।
খোঙ খুৎ ঈশিংখোঙ, অমাংখোঙ ইন্দ্রিয় তরা ॥
বৃতি মরীনি, মন বুদ্ধি অহংকার চিত লৈরিবা।
তত্ব কুম্নরিনি থঙউ, সগুণব্রহ্মগী তিম্নবা ॥
কুমঙাগুবদি কালনি, তোঙানবা লেঙদ মাঙদ্রবা।
সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় শক্তিনি, পরমাত্মাগী কালনা ॥

প্রকৃতিনা গতি পোক্লিবা, মাগী থৌইনশিন্না অতুগুম্বা।
অনন্ত ভগবান পরমাত্মাসিমক, খুডউ কালনি হায়না॥
অস্প্না জীবগী মনুংদা, জীবাত্মা ওইনা লৈরিবসিনা।
কৃষ্ণভাগুবা তন্ত্রনি, মপান্দনা কাল ওইরিবা॥
শুদ্ধ শান্ত চিত্তসিমক, ভগবান কংনবা ওইরিবা।
বাসুদেবনি সর্ব্বব্যাপী ওইবা, নিত্য পরমাত্মা॥
পরমাত্মা বীর্য্যরূপ, চিত্ত শক্তিদগী পোকপা।
অহংকার বিকৃতিদগী, পোকপনি অহংকার তত্ত্ব॥
অহংকার বৃত্তি অকুম্নী, বৈকারী তেজঃ তামস।
মসিদগী পোকই পঞ্চভূত, মন ইন্দ্রিয় লোয়নননা॥
বিকারী অহংকারদগী পোকই, মন কামনা অপাম্বা।
বুদ্ধি তত্ত্ব পোকই তেজঃ বিকারদগী মঙৌশানা॥
পোৎশক লেপ্পবা বিজ্ঞান, ইন্দ্রিয়শিংগী তেংবাংবা।
বুদ্ধিগী থবকি, চিংনবা নীংশিংবা তুম্নীংবা পোকপা॥
তেজস অহংকারগী থবক্তি, ইন্দ্রি মচানা তৌবা পুম্বা।
প্রাণ শক্তিনি কর্মেন্দ্রিয়মা, বুদ্ধিনি জ্ঞানেন্দ্রিয়না॥
ভগবানগী চেতনশক্তি, তামস অহংকার অসিনা।
বিকার ওইবদগী, শব্দ পোকই তাননবা আকাশক্তা॥
অর্থ ফোংদোকপা, বক্তাগী জ্ঞান ফংবা।
শব্দগী লক্ষণী, আকাশকী সূক্ষ্মরূপ ওইবা॥
জীববু হাডক্নবা, পুম্নমক্কী মকুং মপান্দা লৈবা।
আকাশ বৃত্তিনী, প্রাণ ইন্দ্রিয় আত্মা তুংবা॥

আকাশ-তত্ত্ব বিকার ওইবদগী, পোকপনি শব্দনা।
শোকপা খণ্ডনবা ইন্দ্রিয় পোক্লে, নুংশিত্তগী উনশাগা॥
থোংপা কনবা অমীং-অশা জ্ঞান, আকাশতা লৈবা।
নুংশিংকী হৌনশানী, লেণ্ডহন-চেংহনবা তাহনবা॥
নুংশিং বিকৃত ওইবদগী, দেব প্রেরণানা মহৌশা।
তেজ পোকই অধিষ্টাত্রা, রূপ উনবা ইন্দ্রিয় লোয়ননা॥
রূপকী বৃত্তিদি ঙানবা, পোংশক তাকপনী জীবদা।
তেজগী বৃত্তিনি, ঙানবা থোংবা শাবা কংহনবনা॥
পরমাত্মা প্রেরণাদগী, রূপ অভিমানী তেজ বিকারদা।
রস তন্মাত্র পোক্লে, অভিমানী ঈশিং মহাও লৈয়েংগা॥
থাবা থুম্বা য়াকপা, শীনবা ফকপা রস মথল মথা।
ঈশিংগী বৃত্তিনি, চোংপা ঈংবা খোয়াংবা কোকপা॥
গন্ধ তন্মাত্র পোকই, রস অভিমানী ঈশিং বিকৃতিদ'।
মসিদগী পোক্লে মনম, অভিমানী পৃথ্বী নাতোনগা॥
পৃথ্বীগী বৃত্তিদি, নুংশিবা নমথিবা মনম খণ্ডহনবা।
মনুং মপান থায়বা, ঈশিং তুংবা জীবশিং লৈবা॥
ব্রহ্ম সাকার লেপ্পা, পোং লৈফম আকাশ থায়বা।
পৃথ্বী কর্মনি, শান্তি পীবা জীব পূম্বা য়োকপনা॥
আকাশ গুণদি শব্দনী, নাকোংনা ইন্দ্রিয়নি তাননবা।
নুংশিংকী গুণদি শোকপা খণ্ডবনী, উনশানি ইন্দ্রিয়না॥
তেজগী গুণদি রূপনী, মীৎনা ইন্দ্রিয়নি উননবা।
ঈশিংগী গুণদি রসনী, লৈয়েংনি রসনেন্দ্রিয়না॥

পৃথ্বী গুণদি গন্ধনী, নাতোন্নি মনমগী ইন্দ্রিয়না।
পৃথ্বীদা লৈ তত্ত্ব পূস্না, মথক্কী হৌরকফম পূস্না॥
মহত্তত্ত্ব অহংকার পঞ্চভূত, তরেৎ তিন্নদ্রবদা।
আদি কারণ নারায়ণ্ণা, চঙখী মখোয়দা কাল ওইনা॥
িংন্নখ্রে তিন্নরমদবা তত্ত্বশিং, পরমাত্মা চঙখিবদা।
পোকখি জড় অণ্ড অমা, মদুদগী বিরাট পুরুষ জীব॥
থুপ্পুনা লৈ অণ্ডদা, ব্রহ্মাণ্ডস্বরূপ নারায়ণ্ণা।
মসিদগী মথং মথং, শরুক তরা তরা চাউরবা॥
পৃথ্বী ঈশিং মৈ নুংশিৎ, আকাশ অহংকারগা।
কুপ্পুনা লৈবনী অণ্ডসি, মহত্তত্ত্ব আবরণ তরুরা॥
ঈশিংদ' হিরণ্যরূপনা, অণ্ডদগী হৌগৎলগা।
হুংখি মখুল কয়া, পরমাত্মানা মনুংদা চঙশ্রবদা॥
অহানবদা চোংথোক্লে চীন-লৈ, নাতোন মখুন মথংদা।
নাতোন্না থঙলে মনম, প্রাণগা লোয়ননা মদুদা॥
চোংথোক্লে নাকোং মীৎ, ঈশিংথোঙ অমাংথোঙ।
পোক্লে পৃথ্বী ঈশিং, নুমিৎ নুংশিৎ আকাশ॥
বিরাট পুরুষ জীবগী, থোরক্লে মথংদা উনশানচিংবা।
পোক্লে ভু-শম বনস্পতি, মথংদা লিঙ্গ অসুম তৌনা॥
লিঙ্গদগী পোক্লে বীর্য্য, অভিমানী ঈশিং লোয়ননা।
চোংথোক্লে সৌজ মথংদা, অভিমানী মৃত্যু লোয়ননা॥
চোংথোক্লে মথংদা খুৎ, অভিমানী ইন্দ্র লোয়ননা।
চোংথোক্লে চরণ অদুদগী, গতি অভিমানী বিষ্ণুগা॥

অশুম্বা পুরুষকী চোংথোক্লে, মথং মথং শিংলী কয়াগা।
মতুদগী থোক্লে ঈ, চেনখ্রে তুরেল ওইদুনা ॥
মথংদা চোংথোক্লে পূক, মসিদগী পোক্লে লাম্বগা।
থোরক্লে অভিমানী সমুদ্রস্থ, হৃদি মনগা লোয়ননা ॥
থোরক্লে থা মনগী অভিমানী, ঔষধি পূম্বা লোয়ননা।
থোরক্লে বুদ্ধি হৃদিদা, অভিমানী ব্রহ্মা লোয়ননা ॥
থোরক্লে অহংকার মথংদা, অভিমানী রুদ্র লোয়ননা।
থোরক্লে চিত্ত মথংদা, ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মা লোয়ননা ॥
হৌগংপা লৈত্রে জীব পুরুষ, তিন্নরম্ব অভিমানী পূম্বা।
চঙখ্রে হৌরকফমদা, অভিমানী পূম্বা হৌগংহন্নবা জীব ॥
চঙখ্রে মৈনা চীন্দা, বাগী লোয়ননা নুংশিংনা নাকোংদা।
হৌগদ্রে পুরুষ মসিদস্থ, নুমিৎনা চঙখ্রবস্থ মীত্তা ॥
হৌগদ্রে জীব, চঙখ্রবস্থ আকাশ শব্দ লোয়ননা নাকোংদা।
হৌগদ্রে পরুষ, ঔষধি তু চঙখ্রবদস্থ উনশাদা ॥
ঈশিংনা চঙখ্রে, বীর্য্য লোয়ননা লিঙ্গদা অমুক হন্না।
হৌগদ্রে পুরুষ জীব মৃত্যুনা চঙখ্রবদস্থ সৌজদা॥
হৌগদ্রে ইন্দ্রনা চঙখ্রবস্থ, শক্তি লোয়ননা খুত্তা।
হৌগদ্রে পুরুষ, বিষ্ণু চঙখ্রবস্থ গতি লোয়ননা চরণদা ॥
হৌগদ্রে তুরেল চঙখ্রস্থ, ঈগা লোয়ননা শিংলীদা।
সমুদ্রনা চঙখ্রবস্থ, খৌরাংবা লাম্বগা লোয়ননা পুক্তা ॥
হৌগদ্রে পরুষ, থা চঙখ্রবস্থ মন লোয়ননা থম্মোয়দা।
হৌগদ্রে জীব, ব্রহ্মা চঙখ্রবস্থ বুদ্ধি লোয়ননা হৃদিদা ॥

চঙশ্রে রুপস্থ হৃদিদা, অহংকারগা লোয়ননা।
হৌগল্রে পুরুষ, তত্ব পূম্বা ভিন্নরবস্থ লোইনা ॥
অদুবু ক্ষেত্রজ্ঞ পরমাত্মানা, চঙশ্রবনা চিত্তগা হৃদিদা।
লেপশ্রে হৌগত্তুনা খুদক্তা, জীব পুরুষ মতমদুদা ॥
অদূম্বা জীবনা হৌগত্তবগুম, মন প্রাণেন্দ্রিয় য়াওদনা।
হৌগল্লে জীব পুরুষস্ত, ক্ষেত্রজ্ঞ পরমাত্মা য়াওদনা ॥
লৈতবনি অচৎ-চত্ত জগত অমতা, পরমাত্মা য়াওদনা।
লেঙলী চংলীবনি জীব পূম্বা, পরমাত্মা য়াওরবতদা ॥
মক্ষম খূদীং আকাশ লৈবগুম, অকা-অপুন য়াওদনা।
লৈবনি পরমাত্মা মক্ষম খূদীং, নুংশিংকুম তত্তুনা ॥
অদুম্বা হৃদিদা লৈরিবা, অন্তরাত্মা পরমাত্মাবু তত্তবা।
নাংগনি মুক্তি পাম্বনা, ভক্তি বৈরাগ্য চিত্তনা ॥
অশাম্বা পূম্বা থাদোক্তুনা, পরমাত্মাদা চঙজরবদা।
ফংগনি মুক্তি শান্তি, পরমানন্দ লোয়ননা মাঙদ্রবা ॥
নুমিৎনা কোকহনবগুম, সংসার অমম্বা পূম্বা লোইনা।
কোকহল্লী থম্মোয় অমম্বা পূম্বা, ব্রহ্মজ্ঞান মৈরানা ॥
মকুবা থম্মোয় অতিয়াদা, আত্মা নুমিৎ ডাল্লবদা জীবনা।
ফংগনি নির্গুণ ব্রহ্ম, সচ্চিদানন্দ লেঙদ্রবা ॥
নাম্বোক্লী জীবনা, সংসার মায়া লাংদগী তগেংনা।
ফংগনি মুক্তি, জন্ম মৃত্যু চক্রদগী শোয়দনা ॥
তাক্লবনী মহাতত্ব, মূলমন্ত্র-জীবনা মুক্তি ফংনবা।
কপিল সাংখ্য-তত্ব, ভাগবত গীতানস্থ লাউরবা ॥

# বৈকুণ্ঠ-বার্তা

ব্রহ্মাস্ত্র থুংলায়নি, পাপ মায়া ককথংনবা।
বিশ্ব শান্তি ওইনবা, পরমানন্দ ফংনবা জগৎতা॥
ব্রহ্ম তত্ত্ব জান্নী, খঙগদৌবা পুম্নমক্কী অথোইবা।
বেদশাস্ত্র পুম্নমক্কী, মূলমন্ত্রনী মচি ওইরবা॥
মহা মন্ত্রনি মুক্তি ফংনবা, চত্রদগী জগৎজীবনা।
অমম্বা থম্মোয় নুমিৎনী, বৈকুণ্ঠ-বার্তা শেংলবা॥
বৈকুণ্ঠনাথকী বাণীনি, পাপ মায়া চঙদ্রবা।
মায়া লাংদৈ' নাম্বোক্তুনা, মুক্তি শান্তি ফংনবা॥
অমম্বা অহীং মমৈদা, থোরকপা নুমিৎ মঙালগুম্না।
অমম্বা থম্মোয় সংসার পুম্বগী, নুমিৎনি বৈকুণ্ঠ-বার্তা॥
য়াথংনী সর্ব্বব্যাপী বাস্থদেব, সচ্চিদানন্দগী শেংলবা।
অমৃত বাণীনি, পরংব্রহ্ম পরমাত্মাগী লেঙদ-মাঙদ্রবা॥
শেংলবা বৈকুণ্ঠ-বার্তাসি, থাজনা তারবা চৎলবদা প্রজানা।
ফংগনি বিশ্ব আত্মা শান্তি, সংসার বন্ধন নাম্বোক্তুনা॥
চেনজখীনি হিংসা দমননীতি, মাঙখীনি বিশ্ব সংগ্রাম।
পুরক্কনী রাম রাজ্য, স্থখ শান্তি লোয়ননা সংসারদা॥
কাউগনু মহামন্ত্র, অমৃত বাণীসে হে জীবাত্মা।
লৈররোই পাপ মায়া বন্ধন, ফংগনি মুক্তি পরমানন্দগা॥
তাক্কনু অসিগুম্বা তত্বসি, নাস্তিক চোর চণ্ডালদা।
ভক্তবু ঈশ্বরবু তাথীবদস্তু, হায়রকনু কদৌথৈদা॥
তাক্লবদি শ্রদ্ধা লৈবা, ঐগী ভক্ত বৈষ্ণবতা।
লৈত্রে মঙোন্দগী হেনবা, পরমাত্মা ঐগী নুংশিজবা॥

ইতি ধ্রুবমস্তু হরি ওঁ তৎ সৎ-হরি ওঁ তৎ সৎ।
ওঁ পূর্ণমদঃ পূর্ণমিদং পূর্ণাৎ পূর্ণমুদচ্যতে॥
পূর্ণস্য পূর্ণমাদায় পূর্ণমেবাবশিষ্যতে।
ওঁ শান্তি শান্তি শান্তি॥

ইতি বৈকুণ্ঠ-বার্তা সমর্পণং
শজিবু ৯নি পানবা রাম নবমী
মঙ্গলবার তাং ২৯।৩ ১৯৭৭ ইং

## বৈকুণ্ঠ-বার্তা সহ আত্মসমর্পণ

ওঁ পরমাত্মনে নমঃ
( মহাত্মনে বৈকুণ্ঠ-বার্তা সমর্পিতম )
অমম্বা সংসার নুমিৎ, ভারত অতিয়াদা ঙাল্লিবা।
লমজীং মৈরা পায়বীরিবা বিশ্ব মানবজগত্তা॥
রাম রাজ্য লিংখত্নবা, বিশ্ব শান্তি পুরক্লবা।
আত্মবলিদান তৌবীখিবা, খুরুমজৈ মহাত্মা ৺গান্ধীজীবু॥
নোংমৈ গুলী মায়য়োক্লখিবা, শুদ্ধ রাষ্ট্র সেবাগীদমক্তা
অনাহার ব্রত তৌবীখিবা, হরিজন সুধার জাতিভেদ কোক্লবা॥
প্রেমামৃত য়েনবীরম্বা, মহাত্মা, মানবজাতি থম্মোয়দা।
শান্তি লাইজ খীকপীরম্বা, চাক্লবা সংসার থম্মোয়দা॥
পৃথ্বী দমন শক্তিবু, মহী চেলহনখিবা শান্তি মন্ত্রনা।
বিশ্ব প্রেম একতা শান্তি লিংবীরম্বা, পূজ্য বাপূজীবু॥
ভারত মাতা মুক্তিগীদমক, চহী কয়া জেলদা য়ারেকখিবা।
ইমাগী পুল্লিবা মোহ্নিং থদৎখিবা, জগত শক্তিনা ঙমদ্রবা॥

খুরুমজৈ মহাত্মাগী খুয়াদা, শ্রদ্ধা ভক্তি লোয়নননা।
কচ্চরি বৈকুণ্ঠ-বার্তাসে, বিশ্ব শান্তি মূলমন্ত্রসে ॥
লৌবীয়ু হরাওনা শ্রদ্ধাঞ্জলিসে, তোল্লবা শিষ্যনি খনবীদুনা।
থম্বীয়ু ননাইবু চরণ সেবাদা, বিশ্ব শান্তি পাউজেল্লবা ॥
নহাক্কী ফিদম বিশ্ব শান্তি, প্রেম সেবা একতা।
আদর্শ বাণীনা থল্লবা, দিব্য শান্তি মন্ত্রসে ॥
পীনবীয়ু আশীর্ব্বাদ, বিশ্ব শান্তি সেবা ফংজবা।
নঙগী য়াথং মতুংইন্না, শুদ্ধ রাষ্ট্র সেবা ঙমজবা ॥
সংসার বন্ধন নাপ্পোক্কুনা, জীবনা শান্তি মুক্তি ফংনবা।
একতা প্রেম শান্তিগী, রাম রাজ্য সংসার ওইনবা ॥
জীবগী য়েক্লবা তরুকপু, সংয়ন্না খুদুম চন্দুনা।
নির্বাণ ব্রহ্মানন্দ ফংদুনা, বৈকুণ্ঠ-লোক কাননবা ॥
পরমাত্মানা তাকপিবা, জীবাত্মাগী মফমদা।
শেংলবা মহামৃত বাণীসে, কচ্চরি করকমলদা ॥

**তথাস্তু গান্ধী জয়ন্তী দিবস**
ইম্ফাল, রবিবার তাং ২। ১০। ৭৭ ইং

---

"বিশ্বজননি-পৃথ্বী মাত্রে সমর্পিতম্"

অশংবা ফিজোল লৈতেংলিবী, ধৈর্য্য শান্তি মূর্ত্তি মাতা।
খুরুমজৈ ইমা বসুন্ধরা, বিশ্ব জননীবু হন্ন হন্না ॥

খাঙবা কনবী তপথবী, থৌজাল হৈবী মুংশিবী পলেম।
কামধেনু শক্তম ওইরিবী, লক্ষ্মী ভাণ্ডার ওইরিবী॥
সমুদ্রনা খ্বাংচেং ওইরিবী, চীংশাংনা শম্লাং ওইরিবী।
বিষ্ণুপাদদগী চেন্থরকপা গঙ্গানা, সংসার পাপ কোকপীরিবী॥
বেদ শাস্ত্র পুরাণ খিবিক, নথাদা কোল্লিবী।
জগত জীব পুন্বা, য়োকপী কনবীরিবী বিশ্ব জননী॥
থৌজানগী মশক প্রেম মুর্ত্তি, পৃথ্বী মাতা খুয়াদা।
খুরুমজৈ হন্ন হন্না, ভক্তি শ্রদ্ধাঞ্জলি কোটীনা॥
কামধেনু শক্তম লৌখিবী, ভগবান বিষ্ণুনা কনবীখিবী।
পাতালদগী শুকর ভগবান্না উদ্ধার তৌবীখিবী ইমা॥
অচানমীরাই নাইদনা, সমস্ত সেবা তৌবীরিবী।
ধীর শান্তি প্রেম মুর্ত্তি, সর্ব জীবন প্রাণাধারী॥
খুরুমজৈ ইমা বসুন্ধরা, বিশ্ব জগত জননীবু।
আত্মসমর্পণ তৌজরি, নঙোন্দা বৈকুণ্ঠ-বার্তা লোয়নন॥
সনা লুপা হেরামণি মুক্তা, রত্ন হী মাইনা থল্লিবী।
হৈপাল-লৈপাল মহৌষধিনা, জীব পুন্নমক হিংলিবী॥
অশংবা ফিজোল লৈতেংলিবী, যোগী ঋষিবু শুমৎলিবী।
ঋতু তরুক্কা লোয়ননা, কামরতিনা থৌগল্লিবী॥
গঙ্গা যমুনা ত্রিবেনী, তীর্থ খিবিক্কা থৌগল্লিবী।
হিমালয় সুমেরুনচিংবা চীংশাংনা, স্বর্গ কৈরাক ওইরিবী॥
অথৌবা, শহীদ মহাত্মা, ত্যাগী যোগী ঋষি মহর্ষি।
সতী শিরোমনি নচাকোটী কোটী পোক্লিবী বসুন্ধরা॥

খূরুমজৈ ইমা পৃথ্বী মাতা, খূয়া খাদা হন্ন হন্না।
জগত জননী বসুন্ধরা, ধৈর্য্য প্রেম মূর্ত্তিবু ননাইনা॥
চাওখৎলবা রাষ্ট্রজাতি কয়ানা, থৌগল তৌরিবী।
মৈ ঈশিং নুংশিৎ আকাশ চন্দ্র মঙ্গল জয় তৌরিবা॥
নচা কোটী কোটী পোক্লিবী, বৈজ্ঞানীক কয়া।
খুরুমজৈ ইমা বসুন্ধরা, বিশ্বজননী হন্ন হন্না॥
পীবিয়ু ইমা খাঙবা তপথবা, নংগী সেবাদা নঙগুম্না।
থরায় হকচাং লন আত্মা, কথোকচবা ঙমজবা॥
ইমা ইপা ইপু ইবেল, কোটী কোটী পিরোল পূম্বা।
য়োকপিরী নঙনা নথাদা, চেৎনা চান্না নুংশিনা॥
চৌরাসী লাক্ষ যোনিদা, পোক্লিবা যুগ কয়া কয়াগী।
মশীং লাকঙমদ্রবা, কোটী কোটী জীববু য়োকপীরিবী॥
ওৎ-নৈবা পূম্বা খাঙলিবী, ধৈর্য্য প্রেম করুনা মূর্ত্তি।
অনন্ত জগজ্জীবন প্রানাধারী জননী পৃথ্বী মাতা॥
নঙগীনি জীব পূম্বগী থরায় হকচাং লন পূম্নমকসে।
নঙগীনি এগী মীৎ নাকোং নাতোন লৈয়েং দেহ আত্তাসু॥
নঙগীনি থরায় হকচাং, প্রাণ আত্মা লৈরিবা পূম্বা।
কচ্চরি হন্না থরায় হকচাং নঙোন্দা, হশেংবা নরনসে॥
লৌশীনবিয়ু সেবাদা ননাইবু, তোল্লবা নচানি খনবিতুনা।
থম্মীয়ু মপোক খুদিং, নঙগী চরন সেবাদা তত্তনা॥
চিংশিনবিয়ু ইন্দ্রিয় পূম্বা, নঙগী সেবাদা মতম পূম্নমক্তা।
শীজিন্নবিয়ু অঙ্গ পূম্বা, নংগী সেবাদা অথাকপা লৈতনা॥

পীনবিয়ু মীৎনা নঙগী দর্শন ফংজবা শ্রীমূর্ত্তিবু।
চীন্না নঙগী কথামৃত শোঞ্জবা, অতৎপা লৈতনা॥
নাকোংনা তাজবা নঙগী নামামৃত সুধা, মতম পূন্নমক্তা।
খুৎনা নঙগী শ্রীচরণ শেংজবা, মতম লৈবা খিবিক্তা॥
খোঙনা নঙগী পূণ্য তীর্থশিং, কোয়না চচ্চবা ঙমজবা।
পুক্লিংনা নঙগীতা ফনবা খঞ্জবা, ইমা বসুন্ধরাগী॥
নাতোন্না নমজবা ফংবা, ইমা নংগী মধুর অঙ্গগন্ধ।
নঙগী শান্তি সেবাদা, প্রাণ আত্মা সমর্পণ তৌজরি।
অকোনবদা সমর্পণ তৌজরি, বৈকুণ্ঠ বার্তা চরণ সেবাদা
বিশ্ব শান্তি মুলমন্ত্র, পরমাত্মাগী অমৃত বাণীসে॥
মক্ত্রবা বৈকুণ্ঠ লোক্তা, জীবাত্মাদা তাকপীখিবা।
জীবনা শান্তি মুক্তি ফংনবা, দিব্য মুল শান্তি মন্ত্রসে।
লৌবিয়ু হরাওনা শ্রদ্ধাঞ্জলিসে, তশেংবা নঙগী নরন্নি।
পীবিয়ু কৃপা দৃষ্টি, নঙগী নামামৃত শোঞ্জবা ঙম্বা॥

তথাস্তু

**গান্ধী জয়ন্তী দিবস**

ইম্ফাল, তাং ২ ওক্টোবর, ১৯৭৭ ইং।

---

# স্বর্গ-বার্তা

শোক ১৯৬২, ১৯৬৫ গী ভুতপূর্ব রাষ্ট্রপতি,
ভারত সরকার ডাঃ ৺রাজেন্দ্র প্রসাদ
অমসুং ডাঃ ৺রাধাকৃষ্ণণগী মতমদা

[ রাষ্ট্রপতি, প্রধান মন্ত্রি, শিক্ষা মন্ত্রি, ভারত সরকারগী রাজ্য সভা, লোকসভা, মণিপুর অমসুং ভারতকী, রাষ্ট্রভাষা প্রচার সমিতি পূণা, মণিপুর সরকারদা থাখ্রবা "স্বর্গ-বার্তা" গী কবিতা পার্ট অমা ]

## স্বর্গ-বার্তা

## মাতৃ তর্পণ

( রাষ্ট্রীয় সঙ্গীতকে সমকক্ষমেং )

( Equivalent to National Anthem )

জয় জয় ভারত জননী, শান্তি মূর্ত্তি লক্ষ্মী হে।
দয়া ধর্ম প্রদায়িনী, শূর বীর প্রসবিনী ॥
মুনি ঋষি কবি ভক্ত, তপস্বী রক্ষনহারী।
দানবীর ত্যাগী সংযমী, শহীদ ধাত্রী হে ! ॥
হিমগিরি স্বর্গ দুর্গেণ, সুরক্ষিত নিশদিন মা তূ।
মন্দাকিনী উদভব, তরংগিত সুরনরিত উল্লাস্ ॥
নব জীবন সুধা মৃত, রস, প্রবহতি ভূতলে।
ধর্ম কলপ বৃক্ষ মূলঃ, বিশ্ব সঞ্জীবনী দাত্রী ॥
ভজন্তি গঙ্গা যমুনা, সপ্ত সিন্ধবঃ নিরন্তর।
তব মধুর গুণাবলী, কল কল নাদ মুখরিত ॥

সঞ্চারত অবিরত আধ্যাত্মিক শাশ্বত মুক্তি।
জয় জয় ভারত জননী, শান্তি মূর্ত্তি জাহ্নবী ॥

(২)

পরমাত্মা স্বরূপ কৃষ্ণ মুখরিত গীতামৃত বাণী প্রবচতি।
অক্ষর ব্রহ্ম রবিময়, নিদ্রিত মানবেভ্য যুগ যুগ ধারতি ॥
গায়ন্তি চতুর বেদা, পরমেশ্বর কৃত সৃষ্টি লিলায়েং।
তব হৃদি পদারমেং, যুগ যুগান্তরসে ভারতী মা। ॥
শিব দুর্গা উর্বশী গন্ধর্ব, অভিনীত সৃষ্টি ইহমেং।
নৃত্যন্তি প্রকৃতি প্রাণ সঞ্চারত, মলয় পবন বহতি ॥
বিহসতি সুমন রমন, বন উপবনে বিকসিত।
বিহরন্তি খগ মৃগা, বিবিধ স্বচ্ছন্দে সন্ততঃ ॥
কুজন্তি কাননে কোকিলা, বিহঙ্গ বিবিধ সদা।
পাষাণ হৃদয় দ্রবিত, অমৃত শীক্ত সুরালাপমেং ॥
গুঞ্জতি ভ্রমর, মদভর, প্রফুল্লিত পুষ্প উদ্যানমেং।
জয় জয় ভারত জননী, শান্তি মূর্ত্তি অমরপুরী ॥

(৩)

বর্ষতি অমৃত ফলানি, শ্যামল শস্য পূর্ণাম ভবতি।
রাজতি ঋতু-রাজ বসন্ত, ক্রীড়তঃ কাম রতিঃ চ ॥
শান্ত শারদ পূর্ণচন্দ্র কান্ত, তুম সারে সংসারকা হো।
ধ্রুব তারে তুম, ভব সাগর নাবিককে লক্ষ্য হো। ॥

দিনমণি হো তুম, তিমির সন্সার কালী ঘটাকে।
মা ত্বং কামধেনু, সর্বপ্রাণী ধাত্রী ধীরজ হো॥
হিন্দু ইসলাম খৃষ্টচ, সর্ব ধর্ম রক্ষিত সমদৃষ্টিসে।
পালতি সর্ব জাতি, গো ব্রাহ্মণ দীন দুঃখীচ অম্বমেঃ॥
বিশ্ব শান্তি প্রদায়িনী, আত্ম ত্যাগী পরহিত মেং।
জয় জয় ভারতী, শান্তি মূর্ত্তি স্পশমণি বসুন্ধরে॥

(৪)

সত্য হরিশ্চন্দ্র ধ্রুব প্রহ্লাদ, শ্রদ্ধা ভক্তি প্রদর্শনম।
দধীচি শিবি আত্মা দানং. কর্ণ দয়া ক্ষমানিমিত্তম।
শুক্রাচার্য্য নারদ বাল্মীকি, ব্যাস শুকদেব বিশ্বগুরুণাম্।
বুদ্ধ জৈন শঙ্কর কবীন্দ্র বাপূ, বিশ্বমণিময় সমুজ্জ্বলম॥
সীতা সাবিত্রী, অনসূয়া, সতীশিরোমণি নাঞ্চরমণী ইহমে
রাম কৃষ্ণ অবতারত, ভব দুঃখ ত্রিতাপ হরনম॥
প্রচণ্ড সংসার দাবাগ্নি মধ্যে, শঙ্খ নাদিত নির্ভীক।
পুকারত চেতাবনী, কাল গ্রস্ত মির্দয়ী মানবোংকো॥
ত্যাগ সংযম সত্যমহিংসা, নিষ্কাম ব্রহ্মাস্ত্রসে রিপুহনন।
মহাত্মা শহীদ সুপুত্রনাঞ্চ, জন্ম পূর্ণাহুতি বিশ্বযজ্ঞমেং॥
রাম রাজ্য সুখ শান্তি, সার্বজনিক হিত জগতমেং।
জয় জয় ভারতী শান্তি মূর্ত্তি, সংস্কৃত জননী সুরভী॥

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ॥

অধ্যাপক এল, কালাচান্দ সিংহ, বিশারদ;
"কবিরঞ্জন"
সাহিত্য ব্যবস্থাপক, মঃ হিঃ প্রঃ সভা, ইম্ফাল।
গুরু পূর্ণিমা দিবস, তাং ১৭। ৭। ১৯৬২ ইং

[ i ]

শীল্ড পত্রাবলী সং— ৩৪(২) হি। ৬২

**President's Secretariat,**
**Rastrapati Bhavan,**
**New Delhi-4**

রাষ্ট্রপতি সচিবালয়,

রাষ্ট্রপতি ভবন,

নঈ দিল্লী – ৪

আগস্ত ২১, ১৯৬২

শ্রাবণ ৩০, ১৮৮৪-(শক)

প্রিয় মহোদয়,

স্বতন্ত্রতা দিবসকী পন্দ্রহবীং বর্ষগাঁঠ কে শুভ অবসর পর আপকী ভেজী কবিতায়েং রাষ্ট্রপতিজী কে নাম প্রাপ্ত হুঈ। এতদর্থী উনকী ওরসে ধন্যবাদ স্বীকার করেং।

ভবদীয়,

( রঃ জঃ মোর )

অবর সচিব।

শ্রীকালাচান্দ সিংহ,

সাহিত্য ব্যবস্থাপক, মঃ হিঃ প্রঃ সভা, ইম্ফাল।

শীল্ড পত্রাবলী সং ৭—হি ৬৫ ।

**President's Secretariat**
**Rastrapati Bhavan,**
**New Delhi—4**

রাষ্ট্রপতি সচিবালয়,
রাষ্ট্রপতি ভবণ,
নঈ দিল্লী—৪ ।
মার্চ ১০, ১৯৬৫
ফালগুণ ১৯, ১৮৮৬ (শক)

প্রিয় মহোদয়,

আপকে দ্বারা প্রেষিত কবিতা রাষ্ট্রপতিজীকে নাম প্রাপ্ত হুয়ী ।

ভবদীয়,
কৃতে রাষ্ট্রপতিকা সচিব

শ্রীকালাচান্দ সিংহ, "কবিরঞ্জন"
সহায়ক অধ্যাপক, [illegible]পুর হায়স্কুল,
ইম্ফাল, (মণিপুর)



কোঙলবা লাইরিক :—

বৈকুণ্ঠ-বার্তা ( বিশ্ব শান্তি-আঃ দর্শন )

কোঙপদৌবশিং

১। স্বর্গ-বার্তা ( শৈরেং )

২। বিশ্ব কল্যাণ ( নিবন্ধ )

3. Holy Message
of
The Almighty God.
[ Universal Peace,
moral & Spiritual Philosophy ]

( *English Translation of* VEIKUNTHA VARTA )